




ফোংজবী ঃ

কাংভবম তেজবতী দেবী

তোপ পোংনাংমখোঙ, ইম্ফাল

ফো ংগ খল্লিবা :

... শুবা শতাব্দিগী 'ইভ অমসুং আদাম'



অহান্বা ফোংবা ১৯৯৫





ফ্রিম প্রিন্টিং,
ফ ৭৯৫

# থুকমজবা

নচা ঐনা হুংঙাইখিরোই খননদা
অন্নাবা কোঙ্গাই লোৎশিল্লগা
কংলবা চিনবান্দা মোম্মোন নোক্লা
নচা ঐবু পুক্লিং থৌগৎপীখি।
পাবুংগী অরোইবা মিংকুপ য়োর'কাও
মিহুল লেপল্রবা থুংতুনা নানবীবগা
হায়রম্বদাই হুংশিনা—"ইপা কৈশু তৌদে"।
মীৎকী পী নংতনা কৎচনিংঙাই লৈত্রবা নচান।
থুকমজরি ৺কুতি সিংহ পাবু'গী থুয়াদা।

অইবা।

# ৱাহৌদোক

পেন্দে। পেন্নেদে। ওস্পোক্লা পেন্নদে। পেন্দবা হৌনখৈ পেন্নদে। অহুবু কবি উপাইদি নৈ? থম্পোয়দা ময়োম ময়োম কিশি কিতুন। থম্বা নক্তুনা। পেন্দবগী ৱাকং তাবীনবা নৈতে। ৱাকংফমস্থ নৈতে ইরৈবাক্লা নিংতম্বগী হনাও তথাম্বা, ইমালোনগী ইহৌ, ৰং জ্জান্না চীংদোন লোমলকপগী নুংডাইবা, সভ্যতাগী লমজেন্দা খুঙ্কপ থানবকপগী ৱাফম; পুম্নমক ঐডোন্দদি হানু হানুনি। মীং তাংলবা, মনাস্থ পাংলবা মীদা উৎপা ফজববা জগোয শাথেকনি। শুপ্নগী নোংমগী চবা অমথক্কুংনি ঐগী লাইনিং। তাবুনুংদগী কোকফাই কাববা পেন্দবা খবা কৌদোকচবনি মীংপোং উরোইদবা য়েনথাগী লাংকক লাংককপা মুংশাদা।

অহুবু,

খুন্নাইসিগী নাহেখোন মবক্তা, হিংবা শিবগী লাংদাইদা ভুবোই ভামলোই লেপলিবশিংদা শিদ হিদাকমক য়েক্রুন ঙনদ্রবস্থ পুন্সি মথেল মচা অমত্তং লাংজবনি। অথাবা অয়াকপদি মহাও ভংবীরিবশিংনা তাকপীগনি ভুংগী লৌশিংগীদমক।

# কখোকপা

তা'মনি 'হায়রগা খঙনৈ ঐখোয় মশেন—কাংঙবম মনিবুনি। ঐঙোন্দদি মরুপনি, ইবাইনি, পোকমিন্নবা ইয়াম্বম্বুনি। নিংঙম-হৌদে নহাক্লা চৎখিবদো নিংশিংলুবগা। ৱারোৌরমগনি ঐবুদি নহাক্লা থম্মোয় পান্দবগুম, মৈতাম্না ৱাখৈরগদবা খোঙচৎতুদা পুকমেন পাওমেন্নহৌদবত্নু। ৱারোন্নু, লাকদবা ঙাক্লি ঙমনমক ননাক্ত: নোংমদি মহাক্কী শোইফদবা ময়াথং হেক ফংবগা। কৎলবনি নফমদা ঐগী থুদোন "হিংমিন্নবা"।

অইবা

## য়াওক্ষম তাকপা

# মল মল্ল লৈরুংশি

মোংকা দোকস্থ পুক্লিংসি ইহাং হাংনা নিংথমথাগী মুংশা থাইত্তুনা লেঙ্খোকপা মুংঙাইবা মথেল অমনি। নোংম্রাইজিংনি। ছুটি মুমিত্তু চংক থেংবসি মহৌশাদগীনি। চাক তোকপদা মুংখিলগী পুং অনি তাবে। ঙাইহাক পোৎথাবা ওইনা দোলানগী মনিং খংবা মাঙ্গোন্দা মুংশা ম্রাইনা ম্রাইনা থাথাইগী চেক্কোং অমা ক্রাবক কাবক য়েংন্তি। চাক তোকপগী লেংঙম শাঙমত্রিঙৈদা পুম্ব লুম্বু শাবা মুংশানা য়ৈরকপত্থদি তুম্লিংনবা গুলি চাকবত্থুঙাই। ইরো লোথরকই। ঙাইহাক উইরুমাক্লে গুমাংলোমদা ঙাংখিবা খোঞ্জেল অমনা মিৎ থংশিং শিংহল্লি।

"হেদ মাষ্টর লৈত্রো ?"

"লৈ পাবুং মথকলোমদা লেংথংগীরু।"

মশক উদ্রবস্থ মখোল তাবদা খঙন্তি। ঙাংঙকইবত্থ আরঃ কেঃ মাইপাকসনানি। মহাক্তি ঐখোয়গী ইমুং-মনুংগী মীওম্না লৈরবনি। দোলানগী সিরিদা কাথৎলকই ক্যাক-কাক-কাক। "হেদ মাষ্টর সাহেব ! অমুক্তা চংজরকপা য়াগত্রো ?"

"ও ! আবঃ কেঃ লেংশিল্লকউ চৌক্রি লোমদা।" মায়োক্নুনা থাবা চৌক্রি অমদা থুং থিন্দুনা কৌশিল্লি।

শানিংঙাই রারী রাংত্তে। থবকী, কম কাবগী, লেপ্প থুমজাগী রারী মতেক মতেক শাম্নরবদগী লৈবাকী রাজনিত্তিগী

ওইবা রাফম হৌদোক্লরকই । খর কল্লপ তকখৎনবকপগী অচুম্ব ইদ মতাং চানা ইমৌ মুপীনা চা পুথোক্লকই । লাপতক্লা তেবল মচা অন্দা থম্মশি ।

"আরঃ কেঃ চা ফানসি ।" অমা পী । চাতু অমুক অনিরক চিংঙকপদা ভাইবি "পুপু ! পুপু !, দাক পীয়ম্না পিরম্বনি" হায়দুনা মেশিনা চিঠি অমা পুশিল্লকই ! মীরৈবাক্তগী লাকপা চিঠিনি । হায়রপ য়েংঙগা চা অমুক্তং চিংডি ।

"আরঃ কেঃ রারোবা য়াদে ঐ ... ... ... ।"

"পাবীযু, পাবীযু ।"

চা থক্লা থক্লা পাই । "পাবা লোয়রগা লাইবিক মরক্তা য়েপশিনখি। শেন্নহৌত্রবা মীৎকুপ অমক্তং উংজুরগা স্বোর মপী শাংনা হোনখি। ঐগী ইতোহুদা আরঃ কেঃ তু খঙনিংনা হংঙকই—

"অসি অনাগী পাঁওরা ?"

"নত্তে ।"

"থবকীবা ?"

"নহা ওইরিবৈগী কাওজমত্রবা থোদোক অমগা মরী লৈনবা রাকম্নি ।"

"মরী অতু হৌজিক কাওবা তংনরি ?"

"তংনখ্রে । কুইরে ।"

"কলেনে, ভসিদি হল্লা চাবা চৎপা চৎতবা 'হেডমাস্টরগী রারী তাবা তারেদনা ।" আরঃ কেঃ না তেমশিল্লকই ।

ঐগাক কনাদম্বু কৌংদোকখিদ্রি অতুবু আরঃ কে'না ওকশিল্লক-পদগী লীবা তাখি লীখি।

—রুংসিল ; শুপ্নগী চীংলম্বী মতেক অমদা খোঙবু ওইকবনি। ঐহাক বি এ' পাস তৌবগা নীদা ওজা ওইগা চৎলে। হৌজিক কাওবা নিংশিংলি। চুমিৎ অচ্চ ডিসেম্বরগী তাং ২০ নি। নৌনা থবক চংবনিন। খৃষ্টমাস্তকী ছুটি মমাংদা জোইন তৌহৌগে চৎপনি। ইথতুনি।

থেক্লা খোয়না চৎলিবা কম্বুম্বী তুংইন্না চেল্লিবা বস গাড়ীতুগী থোংনাওদা উরি লল্লক লমহাংদা শজিক চাবিবা যন শঙ্ শঙ্না তু'ওইনন্য লৈহোবা, অথাপ্নদা লবুকী চিদাইদা তুল্লক্লা লৈরিবা রাপন্না কোইশিনবা খুঙ্গং মচাশিং উক্রবদা পুক্রিংসি হনৌ নৌথররুই। তামহৌরবা ঐগী খুঙ্গং, ইনা কুম্না শিকতকপা যুমদা তরক তরক লৈহৌরবী ইমা অমম্বুং ইচনম্বুপী তাম্নশ্রগদবা মরুপ মপীজা কয়া, অমমমতা ওইনা নিংশিংলকুই। বিঃ এঃ পরিক্ষা হ য়দোকপা চুম্বিৎকী নোংথি নোংমংবা মমিদাংরাইরম অহুদনি ইবেমম্নু'শিনা ঐঙোন্দা হংখিবদো—

"বোবীন মথা চৎথররোইদ্রা।"

"খঙদে ইবেমম্নু'শি, ইঁআগা ইচনমুপীগগী মতেং থরা পাংসিরম্বু থল্লি।"

হুইসেল খোংলকপদা চেল্লহা গাড়ী খংলেপ লেপ্পি। মীয়াই চল্লবা অহল অমগা মাগী ভুপী অমম্বুং মচা লৈশাবী অমগা কাথংলকই। রাবী শাম্নরকপদা ঐনা থুংগদৌরিবা খুল অহ্ যৌনা চৎকদবা

ওইরম্মে । অমুক্তা চৎত্রিবা চীং লম্বীহুদা খোঙবু ওইমিন্নবা য়াওবম্বা অতুদা ঐহাক হায়নিংঙাই লৈতরন মুং'ঙ'ইখি ।

লমখাই অমদা ঐখোয় কুমথহৌরে । অঙম্বা চীং লম্বীহুদা খোঙনা চৎলিবহু ঐখোয় মবিত্তনি—ঐ, কংশিলা, মমা, অমসুং মপা । কুংশিলাগী মপাহু লৈবাক মচা তাই । মোবেংদা কম্পাউন্দর ওইনা লৈবনি । মখোয়গী অশেংবা লৈকমদি উখ্রুলগী মসুং হুর্নজিন্না লৈবা খুল মচা অমদনি । মোবেংগী পোস্তিং মফমদা ইমুং মগুং পুম্না লৈরুবা ওইরমাল্লে । খৃষ্টমাস্তকী মাংজোননা ছুটি লৌরগা মখোয়গী খুন্দা লাকপনি ।

চৎনা চৎনা য়ারী মতেক মতেক শাগ্লে । কংশিলাগী মমানা য়া থরা ঙাংখি মখোয়গী মরোন্দা । কুংশিলংসু পাওথুম পীখি নোক্কা নোক্কা । ঐডোন্দসু হায়রপ য়েংলম্বগুম তৌই । খঙনিংহুনা হংখি "কংশিলা নংনা ঐডোন্দা য়েংঙম্মগা নোক্কা নোক্কা ঙাংখিবহু ঐবু চীং কীবা শোননম্লি হায়হুনা নোক্কবা ওইবমগনিনে ?"

খুমদে মোমোন নোকপা মাইখোংদি হৌংদে । মমানা পাওথুম্লকই-

"ইচানুপা নংগী বেদিংহু কুংশিলাদা থবা পুবীয়ু হায়বনি । অহুবু মানা ইকাই হায়যে ।"

"য়ানিদা ইমা । ঐ শুম পুজগে । য়াম্না যাংবা বেদিংনি । ঙাংনখিবহুদা মপাগু যাওশিল্লকই—"লৈশাশিংনা মবুং মৌপম্বাগী মতেং পাংবদি মহোশানিনা । পুবীসনু ।"

মখোয়না য়াদহুনা ঐগী বেদিংহু কুংশিলাগী শমদা হাপচিনম্লে ; কুংশিলা চহি ১৫ লোমগী লৈশাবীনি । মায়থোংহু কোইদানৈ

তনৌ তনৌই। য়েংহন্নতা লৈনিংই। মুনা কুংলবা শময়াম্বা কল্লপ তৌবা নিংহু য়ৌনিং য়ৌমাং বাই বাই তারিবহু য়েংবগী পেনবা নাইদে। খ্বাইদগী কল্লকইবদি খোকপদা ভাইরিবা গেহু মচুগী কুচুহুনি। তশেংনমক রুংশিলা ফজবীনি। শাওং শাদাদ্রা মীতানিংঙাইনি।

রারী মতাং ওইনা হংঙ্ই—"ইগ্রামীদি রুংশিলা যথক্কা পোকপরা ?"

"অনি ওই। মুপী ঙাক্তা।" মুখা শমথ্রকই—"রুংশিলাগী মচেহু বর্ম্মাগী কন্তম ওফিসার অমদা ময়ুম পানগ্রে। মচা মুপা অমসু পোকখ্রবনি। রুংশিলোনা মুহোংখ্রবদি ঐহু গেন্সন লৌবগা বর্ম্মাহদা অহুম লৈখ্রগে খনুবনি।"

রাপাং ওইনা ঐগ্রু হায়ুখি—"হোয়দা ইপা, চহি কুন্ত্রা হেন্না থবক তৌরবু মুংঙাইনা পোথাবা য়ারেদা।"

অঙম্বা কাবগী খরা রাজরবস্ন চীংমুংগী ফজবা উরুরগা নুংঙাইবগী ইনোং কারকই। পংমদা হৌবা হঙ্গাম মপান মরক্তা মচু মচুগী কুরাক শঙ্গুনা পাইহৌবা, হ্বারীগী নিং-নিং খোঞ্জেল মরক্তা অপিকপা চেক্লাশিংনা শৈহেক নাইনা খোংলকপা, অথাপ্পা চীংমাইদগী খোম্বাং য়ৈনা খোংলকপা উচেক রায়াগী খোঞ্জেলনা চীংগোল থুংনা নিল্লিবা—উরুবা ভারুবা খুদিং পুক্রিংসি ইনৌ নৌই।

খুনগী লমথাই যৌবদা মুংথিলগী পুং অমরোম তাবে। ঐগাক খুন্দুদা লৈহৌরগদবনি। কংশিলাখোয়দি মফমত্তুদগী অমুক অন্না'বা চীংজাও অনি লান্না চৎখিগদৌরিবনি। ঐগী বেদিং লৌথরে। কাইনরমদাইদা মুংশিবা ল্লাহৈ অমা'নি পুকমেন পাওমেন্নবগা মথং-মথং খুৎ শোক্লে। পুম্মুন্না তনোই তনোইবা কংশিলাগী খুৎশাশিংদু ঐগী খুবাং অনিনা চেজেৎ পাইশিল্লুই। পুন্সি অসিগী থাদোকনিংখিদে।

"চৎলোকো রুংশিলা। নখোয়না খুষ্টমাস্ত লোইরপা থোক্লকপদা ঐবুন্ত হৌবীরম্মুকো।"

"হৌবীরনগে।"

"নখোয় লাক্লিক্কাওবা ঐদি মফমসিদা ডাইচ্না লৈবদৌনিকে"

"হোয়।" নোকমি নোকমি খুমখি।

অহল অনিদু চৎপা হৌগ্রে। চেৎনা পায়রম্বা ঐগী খুৎ তপ্না তপ্না থাদোকখিবগা লোইননা কংশিলা চৎখ্রে। উরিবমখৈ যেংহৌই। লেপ্লনা চৎখিবনা মীৎয়েং ল্লাংম লানখ্রে। লংজিন ফাজিলহৌদ্রবা এগী ল্লাথলগী দোবীদি উ'হৌবি। নিংশিংলকই চৎলমদাইদা ইমানা হায়হৌবদু —"বোবীন! শাজৎ হৈনা চৎলুকো। নশ' নহানি। অহল-লমন চেন্তব' থবক তৌবা যাদে।" বাবাগী অবোইবা মতমদস্তু মচেৎ-মচেৎ ওইব ল্লাহৈনা হায়রম্মি— "বোবীন মতম পুম্নমক্তা নমানা হায়বা ইল্লু। পীক্লিবী নচনবু লুনা তৌবীযুকো।" কুপ্লবা তুবিনা চিংবা মমি শামি

লৈই অমনা ঐগী ব্রাথলগী পনখৈ য়াংখিবগুম তৌই। ম্বোর মপী অমত্তং শাংনা হোল্লুরগা বেদিং লেংবান্দা থোক্লংতুনা খুল তম্না চংলে।

খৃষ্টমাস্ত মন্নুংতু রুংশিলাগী মনাক্তা চংকে খম্না খম্না ঙমহৌদে। খৃষ্টমাস্তস্তু লোয়খ্রে। রুংশিলানা খোক্লকনি হায়বস্তা মুমিংতু ঙাইরুই। ঙাইখি। লাকপদি লৈখিদে। মথংগী মুমিংতস্তু ঙন্তানা ঙাইরুই। অদুবু খঙলকখি রুংশিলাগী মচেদু কন্না নাবগী পাও লাক্কুনা খৃষ্টমাস্ত মুমিংত মখোয় লোযনা চংখ্রে। নিংঙম-হৌদ্রবা থম্মোয়সে ইথম্না থেমজিনজখি। নোংমস্তু কালেন ছুটি মন্নুংদা মোরেদা চংতুনা থিরুই. রুংশিলাগী মপানা থবক তৌফমদা। পাও ওইনা পুরকখি—"রুংশিলা মমা মপাগা লোয়ননা বর্মাহদা চংখিবা কুইরে। রুংশিলাগী মপাস্তু থবক্কগী পোখাখ্রে।

মুমিং, থা, চহি চংখ্রি অমগী মথংদা অমা। অমগী মথংদা অমা। অদুবু ঐগী রুংশিলাদি লেংদনা লৈহৌবি থম্মোয়গী থম্মোয লকান্নুংদা। নোংমা ইথা থাজদনা ঐগী স্কুলগী এড্রেসতা চিঠী অমা লাকখি। য়াম্না শাংবা চিঠিনি। হন্না-হন্না পাখি। পাবগী পেনবা নাইখিদে। ঐগী থম্মোয়বু তমথিনা পোথাহনখি-দবস্তু অবোইবগী ব্রাহৈ খরদুনি—

"——ওজা! ঐখোয়না হৌরমদবগীদমক ব্রারৌরমগনি। ঙাকপীয়ু। ইচেনা শিগ্রবদা মানা থনম্বা পিক্লিবা অঙাংস্তুগী

য়াকয়া হেন্না মরু ওইখিবনা ঐহাক ইচে লোয়ন্বা ইথৈত্নদা লৈবা ঙম্মখি। ইন্না ইপাগী অপাম্বস্ন মাতুনা ওইখি। ওজাগা অমুক্তং উন্নখিগে খল্লম্বনি। ঙমখিদ্রে। পুন্সিসি অম্নুম্না লেন্নু তমখ্রমাল্লে ওজা: অদুবু পুন্নমক ঈশ্বরগী অনিংবনি।—মতম পুন্নমক্তা ঈরুনা ওজাবু চানরীয়ন্নু।—নহাক্কী নচন রুংশিন্না।

মসিনি অ|রঃ কেঃ; চহি কুন্থ্রামন্তাগী মফাংদা থোকখিবা নোংমগী থৌদোক মচা অমগী য়ারী। হৌজিক ঐহাক চহী ক্ষয়ক্নগী ঙকয়ানি। মহাকস্ন য়াংথৈগী মথক ওইরম্মগনি। নোংমা চীং লম্বী মতেক অমদা উন্নখিবন্থদগী অমুক হন্না মাগা ঐগা উন্নখিদ্রবনি। অদুবু অনৌবা চহি লাকপা থুদিংগী জানুয়ারিগী তাং অমদা চিঠি হেক হেক থারকই। মহাক হৌজিক অঙাং খরগী মবোক ওইরে। লেং লেং চৎনা মুরম্বা শময়াম পুমডৌ ডৌখ্রে। (চিঠীদা ইরকপনি) পুন্নমক ওইতুনস্নু ঐগী ইফমদদি নোংমগী চীং লম্বীদা উন্নিবী চহি তরাতরক্কী তনৌ তনৌরিবী রুংশিন্নাবু উবি।

অ|রঃ কেঃ না ফিবান খোপচিল্লকই--

"হেদমাষ্টরগী য়ারীসিদি মল্ল মল্ল লৈন্নুংশি হায়ত্নু তারেনে।" হায়রগ নোকমিন্নে।

ভুমিদাংয়াইরম ওইশিল্লকএ। গোবীন্দ মন্দিরদগী খান আর্তীগী শরিক মখোল তারে—"গো-- ওং—।" হন্না চাবা চৎনয়া শেম শাম্বিডৈদা—

"পুপু ! পুপূ ! ইনেচানা ভূকানফাওদা চংলুসি হায় । চংলুগেক্লো ।"

"নংবু হয়েংগী পারা ফারব্রো ?"

"ঙসাইন্দা ফারেনা ।"

"চংলুচো, চংলুচো । লম্বী মতাইদা চংলুকো ।"

ঐগী রাঙ্কিং ষ্টিকুবু কদাইদনোনে ?

ও !, লৈরে লৈরে । "আর: কে: লেংঙসি ।"

সিরিগী থাক্তা কুমথরকই - "কোক, কোক, কোক ।"

— — —

# "তোলোব চাবা থবক তান্নক্লবদা"

পীক্তকনা ইংনা তক তনান পানবা যুম্বান অমক্তং হাযক্লববদি চাওরেনগী ইমুং পনবা যাই। মচা মুপা অনি পোকঅবা মতুং কাইনথংদা মুপী অমা পোকপদগী মখা তাখি-দ্রবনি। মচামুপা অনিতুগী হাক্তক্তম্ন হাযনখি — "মরাইবক কৈফেদা মালিকাসে। নাওরেংল চাঙখ্রে।" মমা অমস্তুং মাগী মুপী থাবগা পুন্না মী তকক্তনি চাঙবেনগী ইমুংদ চারিবা। অচম্বা খুঙ্গংগী লৌমীনি। হৌজিক্কী চনৈনববা মতমসিদা মম্ত্রিগী. ফম্নাইবা অঙম অথৌগী ইথিন চংবা ওমদবা চাওরেনগী ইমুংনি। থবক্ল পুন্সিনি। অচুম্বা চংপা, মমা মপা অহল অমনবু লুনা চান্ন, নিংজবনা মাগী লাইনিং ওইজবা মীওনি। নাংমক্তা অকনবা অথিবা রা হায়নদে। থকসি খাসি নাইনা চংলি অনিবক শুনা ঙাংনদে। অমুক হায়খিবদা মাগী মাগী তৌফম খোকপা অতুম পাংথোক্কে। মনেমগা মমৌগা খংনবগী রাবী মমা মপানা রারকপা য়াদবা লমহেনবা মচাগী রাথোক চাঙবেনগী ইমুংদা মঙগুম্না থোকই। কৈরোই লৈকাইগী ইমুং-মনুং রারক্লবদা শীংথানৈ। "নাথায়বু চাঙবেনগী ইমুংদা লৈরিবা মীশিংগী মতৌ তমজোনহৈ।"

যুম্নে কৈরৈ, লম-তু নানবদস্থু অতুমঙাই। ইনা কুম্না মীতৈ য়ুমজাওত্থু মনুং মপান লৈমুনা নান্না রংই তৈ। মুপী অঙাং

ঙাইনদে মফম চান-চান্না শাবিবা মমাং শঙ্গোয়, অরাং শঙ্গোয়, ফোগুশং, শিংঙ্গে, শঙ্গোন চাওবেন্না তোযনা তনান তনান ৱাই তৈথোকই। যুমগী অকোয়বা য়েনখা-লুবখা শিং নাল্লি। ময়াই ওইবপ্পা চাওবা ইংখোলদু মতম মতমগী ইনশাং মনা মশীংনা পুমশং শংই।

লৌমী অমা ওইনা চাওরেন চাওথোকচনিংঙাই ওইবা লৌমীনি। কুম খুদিংগী অথোয় অহেন তান্নবদা খ্বাইদগী ফৌথোক হেনবগী মনা ফই! ফংঙকপা মনাশিংদু মশাগী অমদি ইমুং-মনুংগী থক শিজিন্নদে। মাগী মন লাবা পাবোং মঙ্গেবা অমম্বুং মরিকপা অনিদুগী মচিঞ্জাক লৈবদা তেংনা শিজিন্নথোকই। চাওবেন্না খল্লি—"ফংঙকপা নিংচৎ, মনা মথুম পুম্নমক মন পাবোক্তগী মপান্ননি।" নুংশিনা ফজনস্ন লোযনখ্রে। হৈ হা, দুৎ হায়দুনা থক শিজিন্নদে। শানি হায়দে মখোবু লুনা তৌবীবা মীচু মশক্ক খঙমাল্লে চাওবেন্না হ যখিথৈ ইন্না হেক য়াই। শাক্তে অমুক্তা থংনদে। "মাবিকপা কৈদোবগে শী সদা হায়বদা মাল্লোল খঙমদোন। মক্ষেবগা মারিকপগন্ত্ত খোঙথাং কনখৎলি।

পোাইন্নু লৌরোক লোইশিনখিবগী লোয়ননা লৌমীশিংস্তু পুক্লি-নক লম্না লৈনবা মতমনি। নুংদাং অমা, ফনা থেংঙে চাক তেকঅগা চাওবেন মমা মচা চাকশংগী ফুঙ্গা মনাক্তা ফমদুনা রাঠী রাতাই শান্নবি। মালিকাস্ত্র থঁবক ইনখাং লোই-শিল্লম্মগা চংঙক্তুনা য়াওই। অঙাংশিংদি ঙয়া তুম্নখ্রে। মালিকানা

হৌদোক্লকই—'তাঙাংত্থ্ ঙসিস্থ্ লাকঅদ্বনি । খবক্তু ওইহৌশি হায়রবদি শেল লৌশন্নবা তৌবসি হায়বদ্মী " চাওবেন খুমদে। বাস্থ ঙাংদে। অচাবপা শীংত্থ্ খবা ইনশিল্লি । চাওবেনগী মমানা হংঙকই—পৈশাদি কয়া চংনি হায়গে ?"

"লুপা লিশিং তরাদি পীদবা যাবোই হায়বদ্মী ।"

"ইমাইপেম্মা !! অত্তুক যাম্বা শেলদুদি কদাইদগী লৌরু-নেইগে ।"

"এনা শিরিবা লিকসিগা, খুদোপকা কাইথোকপদা লুপা লিশিং মঙারোমদি ফংঙনি। থবক্তুবু শোক্লরোইদবা লৈরবাদি অরাং-অপা খবা পুথোক পুশিন তৌবগা য়াইদা। তঙাই ফদ ফত্রগা ইচান্থুপী লাংলেনগী লিকয়ানসি বন্দোব থম্না কাইথোকপ্রো অমা তৌবাইদুনি ।"

মচান্থুপীগী লিক কাইবগী রা হৌদোক্লকপদা চাওরেন্দু য়ানিংদবা উৎলকই—"মখোয়গী অতৈ অতৈদি খঙদে ইচা লাংলেন তোম্বীগী লিক্তি কাইবা য়ারোই।" চাওরেনগী মমান্থ পাংশিল্লকই - "ইশুনা লিকয়ান শিবত্থ ওম্বোক্না পকচপ্রে। মু শিগ্রে । মত্থুফাওদি কাইথোকহল্লিংদেনে ঐশু ।" রা মথা তানদে । পুমচিক চিকই হুরাইমান্দু ঙ্যাও. ঙ্যাও খোঙঙগা মালিকাদা ঙাথু থেংথুত্থনা ওইনরবি। ঙাহাক লৈবগা মালিকানা হায়রকই— "খঙত্রে; মোহোয় বাজীগী রা মঙাইবে। ইচা মুপাণ্ড মমানবশিংনা থবক ওইনখিবা য়াওবত্থদা মবুক্লিংসি লাংডে।" শোম্বাংননা

শমথবকই - 'সৌ শিং লোকপস্থ লে ইরবনিনা ষন পাবোং'স পোগ্রগস্থ যাইদা ।' চাওবেন হোয় নই হায়দনা হৌগংখি । শঙোন্দা চংতুনা অরাং-অপা যেংশিল্লম্মগা ফমুংদা চংখ্রে । খরবদা মপুং ওইগদোবিবা নিপাতুনা হৈনিংদনা চংখ্রবতুদদি লৈথাই পাবা ঙমদনা তোকখ্রে ।

মথংগী থুমিত্তু তংঙাং লাক্লুনা হায়রে "ইবুংঙো চাওরেন ! এ ঙহাংস্থ লাকঅম্মী । নহাক লৈবমদদনা হল্লবনি । অতু করম তৌগেইবা ?" "তাঙাং সোমদা লেংশিনবিয়ু ।" চাওবেন মোবা থাই । শাঙাংনা মথা তাবকই "ইযাম্বগীদি ইয়া য়ইকো । ও'হৌগে হায়বগদি পৈশা চনশিনবা তাববা ।" 'অঃ, তাঙাং মঙ' তকককুম্বনা — ।" চাওবেন্না মখা তাদ্রিঙৈদা তাঙাংনা মবক থংলকই "ইবুংঙে মতুই র তুম দ য রয়োই । তব তুফাওব পগী মাঘ যেংতুনা তৌবিবকদ্রা হাযবনি । মীঙোন্দদি অসিগুম্ব' ফমদাসি 'ৎবামড়া কুন যোনরবনি ।" চাওবেন গুহাক থল্লগা হাযবকই -'"হৌজিকসি তরাতুমক শুদ্রবদি য়াররোইদ্রা তংঙাং ?" মীনুংশি হায়ফেং খঙবগী মওংদা তাঙাংনা হা'য "শুখিবদি ফরবনিনে । অতুবু হৌজিকমক শুবা ঙমদ্রগদি তম্খাই অমা হান্না পিশিল্লগা হায়নবাইতু তাবেদনা । অরাংপা তম্খাইতু ইস্তবভিয়ু মমাংদদি পিদবা য়াবোইকো ।" চাওবেনগী মপুক্লিং থোগংপীবা ওইন মথা শমথবকই -' তবাতুদি চিংনকুমুও । হৌজিক্কো তোলোব চাবা থবক অমত্ত' তৌহৌবা হায়বসে ভমতুনা

থোক্রবনি। যরবনি।'' মাক য়েং হাযরপ য়েংঙম্মগা খোন মেনথবগ তৌনা হায়রকই—'নচানুপাসে তোলোব চাবা থবক অমা তৌই হায়রবদিনে মযম মকৈ পানবদফাওবা নুংঙাইদৌবিনি। নত্তে, হৌজিকপু মৌ হায়রুবদা কবি থবক তৌবি ? তোলোব কয়া চায়ি কুনরবা য়াওরিব্রো ? কান্নদে নমিং ননা উইশিন্দুনা ওইহৌনবা হোংনৌ। ইয়াম্বস্মু হল্লগে।"

চংনবীনি। হৌজিক্তা তোলোব চাবা থবক অমা ফংবা হায়বসি শেল, সঙ্গী তঙাইফদবা লৈ। ঙাঙাংনা হাংবম্বতুমু ইচুম চুমদবদি নত্তে। শেন্না থবক লৈবা, রানোম- রাংদিন তৌবা, ওখান্না পামজদবা চাওরেম্নি। অতুবু সমাজসিদা হি ঙিবা চাওরেম্না মতমগী চংনবীবু হোংদোকপগী পাঙ্গলদি লেকম থাক্তে। লুপা লিশিং তবা চংনা মচামুপাগী থবক লৈনব হোংনবা তাখি। হোংনখি লিশিং তবাগীদমক খিবা যাবা পাঙ্গ খবদা ফংডক্রব চাওরেম মগী যন পাবোং যোনবা তাখি

চাওরেম্না খ্বাইদগী নুঙাইজবসি মাগী যন লাব অনিডুন লোয়নহুনা লৈজবনি থবক থাবগ লবুক্তগী কাবকপদা যন সেবা লোয়দনা খক পোথাদবা চাওবেম্নি। যুম হেক য়ৌবগা যনশিংডু ইকঙবীদুনা হকথোক নাম্বেকপী। "নখোঙ যেত্তি যারে। ওইতু অতুক থাঙ্গংলকউসে" হাযতুনা থাঙতুপ মবাগী শত্রু অমমা শিং শিং তকথোকপী। লোইবগা শভমদা শজিক অয়াং-অপা হ প্রীবম্মী। মঙ্গেবগা মাবিকপগম্মু হবাওনা মকোক

নোম্ম নোম্মগা শজিক চায়। মতুভদা চাওয়েন ষোমোন নোকুনা ইমুংলোমদা চংখি। নুমিদাংরাই থুদিংগী দাম্মা লোন্দুনা পীজবা তোক্তে। চখোকঅমদ:ইদা হঙ্গিল্লকপদা, তুম্মমদাইদা শঙ্গোন্দা অমুক্তং চংডুমদনা তোকপা লৈতে। মরক মরক্তম্ম তুম্মুবদগী মিংকপ খোল্লকপদা মাঙ্গেন দারীদা লেপ্পগা— "মঙ্গেবা ! মারিকপা ! হায়না কৌই। মঙ্গেবগা মারিকপগম্ম মীবোল খঙবগুম মকোক নোম্মগা পাওখুম পীরকমাল্লে মঙক্তা শিরিবা শরিক পরেংগা মখোল "ক্রোং, ক্রোং" লাওরকই। শরিক মখোল তাবদা— "লৈয়ু, লৈয়ু" হায়রম্মগা চাওরেন অমুক চংহুনা তুমখি।

চাওরেন্না লুনা ভৌজবগী মতিক মঙ্গেবগা মরিকপগম্মু থবক কৈ। ময়াম্না হাযনৈ— "চাওবেনগী যন পাবোংসিদি মপুগা। চপ ওক চানৈদা" শংজৈ থাঙ্গংপদ মপুগী নীংব থুংনবা হাংনবা যন পাবোংনি। অহুক কুইনা লোয়নরকপহু চাওরেন্না মাগী যন্দগা তাথি-তাওইনা ফুবা খক থেংনখিব্রি। অহুবু নোংমদি চাওরেননা মাগী যন পাবোংতু মমাংদা হোয়রগা লবুক্তগী কারকপদা লম্বী মপান্দা থাবা লৌহেংননা ইশং শংনা হৌবহু চানিংঙ্রমাল্লে মঙ্গেবনা শামহুনা চারুরে। খাম্না খাম্না অমুক অনিরক থক্তুনা চাথোকখ্রে। চাওরেন্দু শাওনিংঙ্বমাল্লে মখুক্তা পাইবা শংজৈমা মঙ্গেবগী নময়াংদা শেং শেং অনিরক্তং কনববু চাবা খঙজোক হেক তোকই। নুমিত্তু চাওরেন ফনা শাওই। ভাংনা ভাংনা চংলি— "নখোয়বু ঐনা করিমত্তা

পীজত্রব্রো ? হুমিং থুদিংগী শজিক হানৌ ফান-ফান্দুনা পীজবিব নত্রো ?" মীরোন খঙবদৌনা ম গী নুংঙাইতবা, পেন্দবন্থ মন লাবা অনিহুদা ফোংদোকচৈ। মঙ্গেবম্থ লাম্লুববা থবক্কী মবাপ যাজবগুম ইরেক লেকপনা চৎলি। হুম যৌবগা নুত্তিগী নঙৈগী শিং-নানহুনা ঈকজাথোকপী। মাঙ্গবগী মনঙ্গদা চোসাই ফুখিবগা চৈফম লৈবম্থ উক্কবদা চাওবেন পনি ইবা চেল্লি। শিং শিং নানবীরগা হায়বকই- "ঐনা হাযবা ইল্ল'দি সি থোক্কত্ররদো ? সে. চ'বোসে।" হাযদুনা অশংবা শজিক্কু থুদাপ অমা পাইধগা পীজৈ। মঙ্গেবন্থ ওইনবিমাল্লে চাও যাদে। মনায লৈথোকখি। চ ওবেন তোক্কে। ঙাংনা ঙাংনা মথক্তা পাইলিবা শজিক্কু পীজনমা হোন্নৈ। সে চাবোইবা চারোসে " মঙ্গেবক্তু শাওব নবমানে হরাও হবাও চাখি।

মঙ্গেববু নুনা তৌবসি চাওবেন্দা নত্তে। ইমুংগী মা পুন্নমক্কি। মসিগী মবম অমা লে। চাওবেনগী নুপী মালিকানি চহি অন্তম চুপ্পা নুংশিননা কোইববা ভুংদা অহল লমন থাবগা ফোংনা নুহোংহুনা লৌবনি। অউনপোৎ কাবক যাম্মি হায়নখি। মালিকানা মচানুপা অহন্দু শোকপ মতমদা মন্বী মচা অমম্ব অউন মন ওইনা পীবকখি। অউন মন্দুগী মচানি মঙ্গেবসি। মঙ্গেবা পোকপা হুন্নী শুবা হুমিক্তা মপীহু শিখিবদগী অঙাং যোকপদৌনা খোমচুপ্পা শাঙ্গাম ইল্লগা য়োক্কনা চাওবকপা মঙ্গেবনি। অতুনানি মঙ্গেববু ইম্মুংগী মা থুদিংনা কা হেন্না নুংশিবিবসী।

মানা পুংকক চাওবকপ মতমদা লাম্বা ওইনবা লৈরুবনি মাম্বিকপদি। মঙ্গেবগ মারিকপগা শাওং শাদ', মমিং মনা, মচি চিহৌ চপ মান্নৈ। মচুদনি থর, থেম্নজবা।

অম্মক নুংশিনা লোয়নজখ্রবা চাওরেনগী যন পাবোৎ ওসিদি মচাগী থবক লৈনবগীদমক য়োনব তারে। অয়ুক ওস্তাদগী দানা লোন্দুনা বুক থন্না পীজে ইমুংগী মী পুন্নমক যন পাবোত্তা চেং থোঙ্গচিং কত্তুনা পুক্রমখি। যন মমৈদা মরাইবক্কা শোক্তুনা ওাকপীনবা হৌখিবা অরান অন্তই ও কপীনবা হায়জখিবগা লোয়ননা তুংগী মুচাই-য়াইফ পীবিৎম্নবা নিকখি। চাওরেন্দি রা ওাংবা থোকখিদ্রে। মঙ্গেবা অমসুং মারিকপগী ওকশমদা কোল্ল-কোল্লগা মমিত্তগী মপি চত্নম চত্নম শিন্থনা চহি তরারোম লোয়নরকঅবা নুংশিরবা মকপ অনি কাইনবগী চৈনা রানা খাওখি। রাহৈনা ফেংদোকপ ওমজত্রবা যন পাবোৎম্ম মরৈনা চাওরেনগী মখোঙ মখুত্তা শিং শিং কেক্তনা পুকমেন পাওমেন্নরম্নগা অনৌবা মপুগী ময়ুম মায়কৈ পাংখি। মঙ্গেবগা মারিকপগনা নোমহৌ নোমহৌ চৎখিবত্তু চাওরেননা মমিত্তা মপি ইরা চেননা য়েংজহৌই। শেৎলিবা খুদৈ মচিনা মপি তৈথোক তৈথোক্না নিংওমদনা শোনখি —"তোলোব চাবা থবক তান্নরুবদগীনিকো।"

— ✪ —

# কৈশ্থেন শনজাও

ইচা নুপামা কোমিক লৈবীযু শাযনা ওকমনবদগী ওল্লপ খোঙ্গকপনি হল্লা চাবত্ত। লোবোক মঙাংগী খোঙ লম্বীচুদা লোঙ্গাগা এগা ল্লাবী শানা শানা চৎপত্তু টবগ্‌ থেংনবা মকপ মশাংনা হায়ে—"মপা নচা ওল্লা চাবা চৎলি নুবিনিনে" হান্ডিদি মপাগা মান্নদোরে।

ওন্ড সেক্রেটারিয়েং মপা যৌবদা নু থিলগী পু অত্তমালামদমক তবি। গারিগা মীগনা চিন্নগদনা লম্বী হু চুত্তিনিনা ইহ হাংডি লাপতন্না ম ওলোমদা মৌ নহা অমা নুপী মচা অমনা মাঙ থারগা চৎলম্বত্তুস্থু লমখাই অমাবামদা হাত্রক্তিনখ্রে। লম্বী মযদা লৈবা স্কুল, কলেজ, ওফিস ইচিক চিক্না তুম্বক তুম্বক পোখাবি। মীখোল কযা পুক্তিববা. লৈঙাক পথাপ কয স্থু হকথেংননা য়াওবক উবক্লবা শঙলেন্দুগী থেংঙ্গান্দা লেবিবা "শা" মবিত্তুতদি চীং লেম্না অত্তুমক লেপ্পি। টেলিগ্রাফ ওফিস মপা যৌবকপদা নিংশিংলকই —"নুপী লাল।" মফম অত্তুদদি সাহেবকী ল নমীগা ইমা ইবেলশিংগা অঙম তাননখিবত্তু। ঈখোংনা ল্লাতেম্নখিবত্তু। ইচিক চিকই মফমত্তুস্থু ছুটিগী নুমিৎতুদদি।

কৈথেল যৌশিল্লকপদা শকফম অমা হোংখ্রে। অচিকপগী মহুত্তা লৈবা য়োনবগী নিল খোংবনা শিনখ্রে। ঐখোয়স্থু থাগী

অনৌবা চেক্ষোং ভমা নিগা খবরগা লৌরগী কৈথেমলোমদা ফাওজিল্লকই। মোচানা যাম্না পামজবা কোমিক মরি মভাম্ন ৈংবকই। লম্বী ময়াদা লৈবা থোঙ লোনবা ডুকান অমগী মাঙ্গোন্দা ইবাম্নি ভাহাক ফমডুনা খবর পাই। হুমিদাংল্লাইরমগী মী যাম্না তিনংংলকপা মভম্নি। চিল্লবা লম্বীডুগী ময়াইমক্তদা কৈথেল শনজাওনা কুনশিল্লগা মমিৎ উইকম উইকম শগুপ শাইরি। মবক মবক্বা অপাকপা মনাডুনা হযিং হুম্নি উপাই লৈত্রমাল্লে মচৈ-মহৈ হৈদোক্ত না অডুম চংনবে।

মহাক মফমডুগী নিংথৌনি। লমডুগী মপুনি। ম'না খল্লি তিল্লিবা মযামডু মাগী প্রজানি মখাবে;মদগী মপোং থন্না যাওবা টংটা গংব। অমা লাকপডুদি ফনা কুইনা হে'বে ন খোংভি। অডুবু না'চুদে কৈথেন শনজাওডু। যাকথ্রব' হোয়োনডু হন্না হন্না খেংভি টাট ড্রাইভবক্তুসু। থৈদোকপদি লাইরদনা মখোঙ মবিডু শৎ তিংথেংকঅগা চেম্না হিপথত্রে। অডবশিংডুনা ইশি-শিনা নোকই – "কৈথেন শনজাওদবু হোবোন খোংডুনা কৈদৌদৌনো?" ওনুবী অমদি অত্তৈকপা ময়াডু উবমথে নোকঅগা হায়— "থিদা নপী যানি মচাসিদি সৌবোক মযাইসিদা মানা কয়া চাওবিবনো। টাটা গারিডু কাম্নদ্রমাল্লে ল্লানা থৈবগা চংথি। হিম্নি কৈথেন শনজাওদি, মমিৎ উঙশিল্লগা তৌডুম তৌগে মতাজম। কালেন থা লোইশিল্লকপগী শাম্ন শাদবা ইংম্ন ইংদবা শুংভাইম্নবা মভমনি। নুমিদাংল্লাইরমগী অমেত্তবা শুংশাগী মৈশাদা শুংভাইনা ডুমলিবা কৈথেন শনজাও।

কৈথেন শনজাওনা মাগী লমসি অফব লৈঙাক মপু অমগুম্না চেকশিন্না ৱাকই। ইংনা চী লেম্না নোংহো নোংহৌ নোংমগী কৈথেনদা অমুক্তং চৎলমদবা লেতে। মীবান চংবা যাদে মাগী লৈবাক মনুংসিদা। কবিগুম্না খুদিং হৎনানথোক্তগী চংঙুরবদি লেম্না থাদে কৈথেন শনজাওনা। কোইতান তাল্লি মাংযোক্লবা ৱমদে। লমলানবা শনতুগী মপু যাওংকঅবাদি অচা অথক পুথোক্তুনা থেমনৈ অতুতদা হল্লি কেথেন শনজাও। মাগী মখং থাবনা লোইপোৎ কাবনি খনমাল্লে।

নোংমা অযুক অমা শীং পুবা শনগারি অমা কৈথেন মনুং ফাওতুনা লাকই। ময়াম্না হাংনৈ—কৈথেন শনজাও লাকপা মতমনিকো। থেংনরবদি কুম্মৈ তানিসে।"

শনগারিরালাতুম্না খঙি। তাই, কৈথেন শনজাওগী মগুন। অতুবু তঙাই ফদনা য়াদবা মতাংদগী কেথেন ফাওরকপনি। কিক, কিরু যেংঙি। কম্না থৌগৎলি শন্দা শাজৈ থাতুনা। কৈথেন্দুদা থুনা লানথোকহৌগে চোৎনবনি মাম্নু। গজ্রক, গজ্রক ‥ ‥ থৌবি শনগাবিতু। পোংম্নু য়াম্না পুই। অবাম্নদগী লাওরকই—"শীং যোনবা, নংগী শনতু থাদোকখ্রো নত্রদি শিরনি। কৈথেন শনজাও লাকএ।" হম্না হম্না লাওবকই।

শনগারিরালাতু ইপা পাখৎনা গারিদগী চোংথরগা জ্বান থাগৎতুনা মাগী শন পাবোংতু থাদোকঅগা অনকপা লমখাই অমদা হোযজিনখ্রে। কৈথেন শনজাও মমায় হায়গৎলগা য়েংঙকই।

ছায়রপ উখ্রমাল্লে খোঙথাং কনখৎলকই। ময়ামচু পুল্লপা কৈথেল শনজাঙদা মনিং কুপ্পুনা য়েংনৈ। কৈথেল শনজাও খোংথাং কনখৎলকই। নোমজেন, মোমজেন যৌশিল্লকদোরে। ময়াম্মা লাওরকই — 'অচা অথক খরা পীজবগা য়েন্মু।" গারিয়ালাচু থুনা চেনখি।

কৈথেল শনজাও য়ৌশিল্লকএ। ফি-ফি কাম্মি। কোইয়েং য়েংঙি। মমা চপ য়ুংখৎলগা থা-রাং হঙ্গং হন্দা শাগনা চংলি। উত্রমাল্লে, শনগারি তম্মা চংশিনখি। মনিংগী খম মথাদা মকোক লোনশিল্লগা অমুক্তং মুক্তুনা থাঙ্গৎলকপবু ফনা য়াংনা কাই। কোৎতুনা লংগে হাযবগী মতাংগুম মঙক্তু অমুক্তং শংহাই হ যববু মপোৎ থন্না য়াওবা শনগারিচু কোক্রোক কোক্রোক লাগনা তাখি।

মোংমস্থ হুমিদাংয়াইরমনি। ঙৌরোক ঙৌবা শন হাতম অম তথক-তথক চেল্লকই। মতুংদা ইনখৎলকপা মপাশা শঙ্গু অমা ইল্লবকই। অপাম মীহৌবনং থুগৎলবা মপাশাশিংডু অগ্রাং অত্তাগুবনা ফুবা, মখায়া লাওবা নাচুংদে। মংদা চেল্লিবী শাফবীভুবু তাম্নবদা কনাবুস্থ কিকদে। মীহৌদনিংঙাইস্থ লৈতেদা। মচুনগা ঙৌবোক ঙৌবে, শক শয়াং অমত্তা টদে। মনাম তাম্না ঙাবোই শাবান্দা লনযোন্ন ফজবীনি। মডু শিং নাল্লি। মকোক্কি মচি অনিতু থন্না থন্না থিনগংলকপদা মঙাইহি। মশাগী তা খনবা, মীন্নুংশি যাগুত্রবা মপাশাশিংডুগী থুগুম মখা চনখিজুনা নৈথেকপিখিত্রা। কিজবদগী মীপাইজবদাচু শোব থবেং থবেং হোন্দুনা চেল্লকপদা কৈথেল শনজাগনা কামবা লম যৌশিল্লকই।

কোনা অমদগী খোঙথাং লুপ্পা, চী' লেম্ন থোবকপা কৈথেন শনজাওগা মপা তেক্ চান্নকবে। কবি থোকঅগবা খল্লিঙৈদা কৈথেন শনজাও শুক্লবা মমিং অনিদুনা খানা যেংঙগা মতুং ইম্নবকপা মপাশাশিংদু তম্না হোংচিনখি। শনযানদু মমায ওল্লগা কাইত্তুনা চেল্লি।

মাগী অরাবা উবীদুনা কনবীবনি খন্দুনা হবাওৈজ হাতমদু অতুবু থংনবা মীংকুপ্তা হেন্না মীপাইবকখি। শাফবা কৈথেন শনজাওগী অনিংবা থংনবা নৈখাইবকপদা খাংবা ব্রাগদবা চৈনাদু খল্লবদা কিবনা মমিং চোজেং উইশিল্লি চন্ন নগাদা। নোংমতস্ত মশু মমান্নবা মপাশা অমত্তগা মায়োক্লখিদ্রি ন্নংশি চিংল্লাক্লখিদ্রি। অতুবু মবাইবক্লদি হন্নলমচংদা ব্রাইথুংঙ তমথ্রমাল্লে। মমিং মনা চপ খুংখংত্তুনা তহা-তহা চেনখংখি কৈথেন শনজাও চেন্দে। থাংঙম্বা খোংথাংদগীদি কনখংলি মমায় এন্দনা চেল্লুববা মপাশা মযামতুস্ত কৈথেন শনজাওগী মতুংদা মবি মবি ইল্লবকচ। অপাম্বা লাকশিনবা ঙমদ্রবা হনখংলকপা মপাশা খবদি মমিং মনা কোইবৈ-কোইবৈ তোবম্মগা কৈথেন শনজাওদগী হেনগংলগা চেনগে তৌই। কৈথেন শনজাওনা মমাই ওনশিল্লগা অমুক্তং শাওনা কাম্বদা খংহন হল্লি লমচনবা মপাশাদু। কনামত্তা হেনগংপা ঙমদে। কৈথেন শনজাওনা শোবোক মযাইদা চংলি তুং ওইরপা এতাই মতাইদা শনযাম্না ইন্নখি শকচেনবী হাতমদু। লাকচখীনবা লেত্তনা মনিং মখা কৌনা পানজবা কৈথেন শনজাওনি।

মুমিংনা নোংচুপ থংবা চিংদোন্দা নকশিল্লবএ কৈথেন শমথংলকপা মতাংনি যাতোবম্বা কৈথেন শনজাওদু তুমশীং

ফারমান্নে মখোও লৈজবী থাহুনা তিংথোক্লগা তিংলি য়াংলিহুনা হৌগংলকই। ওসাইমথৈ কোমিক য়েংবদা পুক্লিং লুপলম্বা মোচাহু খংনিং নিংশিংলক্লমান্নে, হায়রকই—"বাবা হয়েংগী কোফি লৈত্রে খরা লৈবিরকউ হায়হৌবদো ইমানা।"

খবরগাক থুপচিন্দুনা চৎলসি তৌরকপা মতাংহুদনি নোংচুপলোমদগী শনজাও অমা নোমহৌ নোমহৌ লমজাওহুদা হায় হুন্না লাকপা উবদা কৈথেন শনজাও মমিং মনা চপ য়ুংখৎতুনা শাওনা য়েংতি। নৌনা লাকপা শনজাওহু থৌ'রা শাদে। লেপ্তুনা চংশিল্লকই। কৈথেন শনজাও কা হেন্না শাওগংলকই। মমায় লুকথরগা মিৎচিনা হুৎতুনা য়েংতগা য়েং থংবা থুমাংনা শোরোক্কী কোইলাস খোৎতুনা মবুক্তা বুপ বুপ য়ৈরগা ফি. ফি কান্মি। মোচাগা ইবান্নিসু কুপ্পে যেংনিংহুনা অহুম লৈরে। অতৈ অতৈ শন ওইরম্ববদি ওসাইনা মমৈ থাংগৎতুনা চেনখ্রগদবনি। লাকইবা শনজাওহুদি নাচুংদে। থৌশাদনা চংশিল্লকই। তৌজশারিসে হায়বগী নাওংদা উশিংতবগী মতৌনি। কৈথেন শনজাও তম্না চংশিল্লকই। নকশিল্লকপগা লোয়ননা খোংথাংদি খরা চেকশিল্লকই। শামান্নবা মশেলনি। মতিক খওনিংবগী ওংদানি। নোয়বা চাওবা চপ মান্নে। কৈথেন শনজাওনা মরুম রাংতি. ভৌরকনৈ। অমহুনা মরুম য়াওদে মঙ্গে মচুনি। মরেংদি হুপা অনিনা কোনবা থুংভোই। ইনখৎলকপা ইরোই মপাশাগী মরেংহুভাই। ময়াংলেন্দু পাকখিবনা ঊশিং থুদেং থম্বদা হৈদোককদবা মান্দে। কৈথেন শনজাওনা লাওয়বা মনাভোন অনিহুদা অশাওবগী শোর ফুন্না কামথোকঅগা

ফি, ফি কামন্থুনা ফৈনা চংশিল্লকপথুদা মঙ্গেবথুম্ন লেপ্লগা ফিত্তম শেমন্থুনা লৈখ্রে। মিৎচিনা হুৎতুনা যেংনবগা ফৈনা তপ্পা তপ্পা চংশিল্লরকপথু ফনা নকশিল্লরকএ। মীয়াম্না পল্লোন তরেৎ কোইথুনা য়েংনখ্রবনি। মনাক অতুব্রাইগী শোরোক মতাইদা পোৎ য়োল্লগী ইমা ইবেন খবদি থোকদোখিবা লানজাওদুগী মীপাইজবনা মপোৎ মচৈ য়োমশিল্লগা চেনখ্রে। ফি, ফি কাম্নবস্নদগী "চোংশিনথুনা রাইনখি শনজাও অনিথু।

মীয়াম তিল্লবদি কুম্মৈগী কুম্মৈ ঙাক্ত' হাযবথুনি। ঐথোয়গী ইনাক্তা কুম্মৈ যেংবা অনিথক মবৈ কননা যেৎনরকই। কৈথেন শনজাওনা ঙমগনি, মঙ্গেবনা ঙমগনি। মফৈ চাংগুবা অমসিনা হেল্লি। অমসিগী চাওরিবা মবেংসি উঁদ্রা? ঙহাক্তুদা মমাং হেক ঙাংবমথৈ যেৎনবকই। লংবোগী গলাবন্দ ফুরিৎ লিংপা ববব খোংভুপ তোংবা ন্নুপা অমখক্তি শ ওনিংড় রমাল্লে মবৈ যেৎনবিবা অনিথু তানবা হাযবকই—"কৈনো, কাম্নদবদ: আবমেন যাম্না তৌনখ্রেদা। শন অনিসিগী কুম্মৈথুম যেংশিবা।" মমাম্নবা অমদা ওনশিল্লগা অমুক মখা তাখি—"ভাই নংগী দাইবিয়া ফাম্নি' অমা তৌনি হায়বথু শিগুম্বা শনশিগী মচা লৌগদবনিবে।" খবা অমনা শেন কম্না থ'নরি। ঙহাক্তুদা মফমথু জ্ঞাব থেফম ওইখি।

শনজাও অনিদো হন্নদে। অমনা অমুক ইল্লি, অমনা অমুক ইল্লি। লুম্নাংনা পুনচোং চোৎনরে। গ্রি, গ্রি ইম্ননকপদা কুম্মৈ

য়েংবা মীয়ামতু অমুমুক কাইতুনা চেন্নৈ। লীচৈ পাইবা থামা সিফাই অনিখরা থাব্রবা ফনা কন্না হোৎন্নৈ। অমদে কৈথেল কাইরে। মপোং মচৈ য়োমশিন্নগা মহৈ মহৈ পুংচেন্দা চেন্নৈ।

শনজাও অনিচুগী অকনবা লানজাওতু থামদোকপা অমরক্রুবচুদদি মহৈ মহৈ লাওবরকই। "ঈশিং কৈজিন্নু ঈশিং কৈজিন্নু।" পাখণ্ড মচা অমমা ঈশিং বাজাত্রিন অমা পুরকপগা চাইশিল্লি। হন্দে। হন্নাংনা চোংলবা মশাতু অহংবা ঈশিংনা তেকখৎহুনবগুম থোকং উবমাল্লে হেন্না কন্না রাইনবকই। রানরে অনিচু। কুইশিল্লকখন হুদসি নহা খরা ওইবা মঙ্গেরনা লাকচরপ তৌরে। মঙ্গেরনা ময়াংলেন কোকবখৈ লৈজবী থাদ্ধুনা অমুক্তং ইল্লকপদা। কৈথেল শনজাওতু খোঙকম অমা চাহৌদনদগী যেং থংবা মখোঙতু লানথুমদা খুকউনা শোবগা থাংখি। অতবু কুইদে মান অমুক ক্লিজম শ্রেম্মগা ইনবদা মঙ্গেয়তু তুং হনখি।

নোংচুপ খংরা অতিয়া মক্লোইদা ভাঙ্গ্রবা নুমিৎকী মঙাল খরা খরা লৈরমতু উখিদ্রে। কয়ার ব্রিগেদকী গারী অমা ক্রোং ক্রোং লাওনা নোংপোকলেংমদগী কন্না থৌশিল্লকপদা মযামতু হন্দোক্লে। চাওববা ঈশিং পবেতুনা মমায নম্না কাপশিনবদা শনজাও অনিচু রাইনবা তোকপগা ফনা লাপ্পা চন্দোকুনা লৈনৈ। রাবনা তপ তানবে। খোর থবেং থবেং হোল্লগা মিৎচানতুনা লেপ্পী। অমুক হায়জিন্নদ্রে। কৈথেল ভাকপা শিফাইশিংতুমা তোঙাম তোঙান হোয়দোকপিদ্রে। ভিল্লবা মীয়ামমু মহৈ মহৈ চৎনখি।

তুকান্দগী কোফি লৈরপা হল্লকপদদি য়াচংবা মতুং ওই-শিল্লকএ। অথৌবশিংগী নিংশিংয়ুম্বী মপা য়ৌরকপদা কৈথেল শনজাও তুথিবগা নিংতম লান্দা মায়থিবগা শমনরকই। ঐখোয়গী খোংজোম তুরেলগী তোব্বান্দা পাওনা মেনজোরনা তুখিবা হুমিৎতগী মাতৌগী অকল অথৌ অমত্তনা চোংথোকপীনবা লৈতন। ইরৈবাক্কী নিংঙম্বা মাংখ্রবনি। য়ুম্বী মতোনগী শা অতুতনদি অশেংবতু থওলমগনি।

ইলেক্ট্রিক্কী মৈনা পুমওান ওানবা য়ুমগী থোঙ্গাল হাংদোক্লুনা চংখিবদা মাঙ্গোন দারিদা লেম্নগা ওাইরম্বী থবাতোম্না নোকমি নোকমি হায়রকই—"ওসিদি ব্লাঙ্কিং শাংনা চৎলুরমাল্লেদা; ঐদি ওসাইনা চাক লোইরে।

চাক তোকঅগা ওাহাক পোথাবা ওইনা দ্রোইং রুমদা লৈবা রেডিওতু খোংগৎলুই। কনানো কালাকার অমনা ময়েক মশোল খওদবমখৈ খয়াল শক্লুনা লৈরম্মী। থোয়না খোইজংলুদে। ভোলুম পীক্লা লৈথরগা সোফাগী নঙন্দা কোক ওাথরগা ফমথি। পুক্লিংদা ইগা হাংবা, ভযাং তয়াংবা ফাওরকই। কৈথেল শনজাওবু থক কাওবা য়াখিদে।

নোংমা হুমিদাংগী চাক তোকঅবা মতুংনি। ইমাদদি ওফিসকী মরুপ অমগী য়ুমদা চৎলুগে থরা থোংলক্লনি হায়জিল্লরম্মগা থোরক্লকপনি ৮-১০ থিৎলি থিংলি চৎবগু নত্রবদি থাবল ফরগদবা মতমনি। ডাটিন অমদি য়াওরি। ব্রাখল অমদা

উংহুনা লাকপনা কৈথেন ময়াগী থোং অচৌবদু য়ৌখিবা খঙহৌদে। সোপ্লোক মতাইদা হৌবা খোংনাং পাম্বীদুগী মখোঙদা লেপ্লগা চংশিন্না চংগুমশিন্না ঙাহাক রাখল তৌই। ম্লাংনা থৌরকপা গারী অমগী মৈঙান্দা থুদাং ঘরিদু হায়গৎতুনা য়েংবদা পুং তরা খরা হেল্লম্মে। রাখল লেপ্লা লোইদ্রিবৈদা খোঙথাঙদি মখোয়গী লৈরকলোমদা হায়জিনখি। য়ুমজাওগা তাইননা তপথোকপা কা মচাদুগী থোঙদা তেক তেক কাপ্লগা লোইননা খোনশিদা কৌই— "থবা! থবা! থবাত্তোন!" মনুংদগী তপলপ্লা

"কনানো?"

"ঐনে, মনিনে। থোং হাংদোকউ।"

খোঙ তপ্লা হাংদোকঅগা খোনশিদা লোম্না হায়রকই—

"হৈমা! তামনি, করিগীদমো অস্থক থেঙনা? অঙাং মশা ঙমদ্রব্রো?"

"ঙপ্পী। ঐ নংগা ন্না অমা ঙাংনগে লাকপনি" থিৎলি থিৎলি চুবম্বা নোংদু খরা কনশিল্লকই।

"অদু হৌজিক ঙুংদাং নত্রদি য়াব্রো? ইমাখোম্ম তারকঅদি চোপ্লরোইদ্রো? নোং চোৎলনিয়ে, ইমুংদা চংলকও।"

ঐনা ইমুংদা চংবগা মানা থোঙদু তপ্লা লোনশিনখি। ইপোম হৌগন্দনা থুনিং কাঙনা কাঙনা চৎলগা য়ুমজাওগা তাইনবা থোঙদুস্তু লোনশিল্লুবে। "ঐগীসিদি চিনবনা, মোরাস্তু য়ুমজাও-রোমদা লৈখ্রমাল্লে। ফমুংদা হেক্তা ফম্মো।" কাংখল হায়গৎলগা

ফমগে তৌবদা অঙাং অমা তূমলম্বা উবদা ঙক্ক হংখি —"কনাই অঙাংনো সিদে?"

"তাচৌগী মচানুপী অতোনবীহুনি। চহি অনিতা ভাইবনিবনি। মমাগাক থিবীপোৎ নত্তে। ঐগী সিদা লেক-চাতুনা অতুম লৈরবনি।"

ঐগী নাকচেপ ওইরম্বা লেম্নগা মখা তারকই— "করি স্নানো হায়দোবিহুবু?"

"থবা নংনা খল্লিসি করিনো?"

"ঐনা করি খল্লগে?"

"নং মী য়াম্মা উশিংজেনে?"

"ঐখোয়দি য়াম্মা তোম্মা হিংজবনি। মীপুম থুদিংবু কিমা ইকাই খুম্মনা লোয়নজে।"

"ঐঁনা ভলাই নঙোন্দা শীহনখিবা পৈশাডু লোহৌম্নিবা কবিগীনো?"

"ঐখোয়দি লাইরবনিনা মীগী মবল শোকচিম্নিংদে।"

"ঐসে অতোপ্পা মীনি অলিম্নিনে?" খুমদে। মক্ক লুকথদুন খোঙবীম্না লৈবাক তককগা লৈ।

"নং য়ুম্মা পুশিল্লনি। ইমাখোয়গা পুম্না লৈবা মুংঙাইত্রম্ব য়ুম অমা তোপ্পা শারুগা থমগনি।"

"তামম্নি, ঐ তামনিম্মী খল্লুরগা য়াম্মা মুংঙাইতে।" ফিজিন: মমায় খুম্নগা হিক হিক কপথোকই।

"কম্মান্সি থেৈনা কৈনে।" ইনাক্তা চিংশিল্লগা ফমহল্লি।

কপ্পা খাংওগা মানা মথা তারকই—"তামনি ঐদি য়াম্না মতিক চাদবীনি। লাইরিকসু হৈতবী, লাইরবী ইমা লুখ্রানা য়োকপনি। তামনিগী ইমানা ঐবু মমৌ অমা ওইনা য়াম্না নিংবা থুংজদে। ঐগীদি লাইবক থীবগী থীবা থোইনা খনদ্রে। অঙাংহৌমনুংদি তামনিনা খরা লুনা তৌবীয়ু।"

"ঐ খঙভি, নংনা ইমাবু য়াবৌই। ঐবুসু য়াবৌই। মতম পুম্নমক্তা ইমাগী মিচং চংই তায়রুনা। ইমাদি এংবু মুংশিদবগী ভাকসু নত্তে। মচা নিংঙোন অমত্তুনিনা হাকন চংজবগী য়ানি। খবসু লাইথোক্লা খনবা তম্মু। অহন্নি তৌজসনু।"

"তামনি, ঐ কনাদসু য়াবৌদে। ঐনা ফত্তদনা থোকই ওাক্তনি।" হিক হিক কপ্পি। মাগী পেন্দঁবা মুংচাইজদবথু পুথোক্লনা ওইনজে। "নং কান্নদবা য়া য়াম্না খল্লেনে। ইবেমসু মহে তম্বা লোইববনিনা কয়া কুইনবু যুমদা লৈবীযু য়াখিদগে।"

"তামনি খেংখিরোইদ্রা ?"

"ঐ ঙসিদি সিদা লেকঅনি।"

"য়ুমদা মুংশা থিনরম্মোইদ্রো ?"

"ইমাদা খেংঙকনি হায়রম্মে।"

অঙুম্না সেগা মাইগ তৌনরিবৈদ মতম হোখিব. খড়হৌদে।

অঙুম্না সেগা মাইগা তৌনরিবৈদা মতম হৌখিবা খড়হৌদে সিকাইগী কেম্পতগী কাংশিনা নোংয়াই মতুং পুং অনি তরে হায়রবা খঙলকই। থবাতোম্না ইফিং কিংনা—"হৈমা! তামনি নোংঙানদোবে।

সোরোক য়োরকপদা থাবলগী মভাম্না পুংভৌ ভৌরম্মী। নীচিক মীরাওখোন্দি ভাখিদ্রে। নোংভাল্লমদাই লিরি লিরি শিৎলকপা মুংশিংনা য়ৈবদা খোঙনাং মনাগী শ্বায় শ্বায় লাওবা মখোলদা মভাইরে। চিক্লবা মতমসিদনি কৈথেন শনজাওনা সোরোক ময়াইমক্তদা কুন্দুনা লৈবম্বদো। থাবল ফরবা খেংলবা অহিংতুদা ভৌরোক ভৌনা চাঙখ্রোক চাওনা কুল্লগা শগুপ শ ইত্নুা লৈরম্বতু উবদা অচিকপা অহিংগী অকি অখং পুম্নমক কোকখি। 'অফবা লৈভাক মপুন' মাগী প্রজা কদায়দা শোয়-খিদগে হায়না মীৎকুপ নাহুম শেম্নবগুম কৈথেন শনজাওনা অহিং তুমদনা লৈরম্বতু উবদা কয়াদা পুক্নিং লুমজখিবা। অতুবু ভসিদি কৈথেন শনজাওনা মায়থিখিবা উবদ পুক্নিংসি তঝাং ঙশোইখি।

"হৈমা! ঐদি তামনি ভসাইনা তুমথ্রমালে হায়রিনি। কোন ফেংদোকঅগা য়াইরম তৈবগাক লোইশিল্লম্ববনে।" ভাংনা ভাংনা থবাভোন্দু দবল সিটেদ সোফাতুদা ফমথরকই।

"খেংখ্রে। তুম্মুরসি। ইবুংভো মীৎকপ খোক্লকঅদি অমুক কৌরকঅনি।"

ঐহাক পাওখুম অমত্তা পীখিদে। সোফাদা ভাথরম্বা কোক্তু মাভোল্লোমদা ওনশিল্লগা মাগী মীৎ নহা অনিতুদা মুন্না য়েংতুনা লৈখি। মহাক মাইপুননা য়েংবা ভমত্রমাল্লে 'খজিক্ত' নোকপোই শুগৎপোই তৌরগা লুকথখি। কোমথরক্লবা শম্নুন্দু

তপ্পা থোকঅগা মখুৎকী থুবক্তা লোনশিন্দুনা শময়ামত্থু রাই রাই তাহনবগা লোইননা ফূৎ তককলোম শাংবা সোকাগী ক্রু ক্রু পুৎথবা ফমক্কমত্থুদা হায়রপ স্নেংখি ।

ভোালুম পীক্লা নৈথববা বেদীওত্থুদগী মীরবা খোঙ্গেলদা লতানা টংনা শক্লকই –

মরনা তেবে গলে ;
জিনা তেরে গলেমেংএ । ✪

# "ছিংমিন্নবা"

ম্যানা ঙাইরল্লবা তারিখ অমতু ঙস্নিনি। তোলোব ফংঙনি খনবদা ঐহাক খরদং মুংঙাইবগুম তৌই। থো'জিল মনাক্তা থারিবা তুলদা ফম্না ফম্না খল্লি—তোলোব হেক ফংবগা কৈথেলদগী ঙা অচৌবা অমত্তংদি মবৈরগে। ইমানে ইচাশিংনে ম্যাবি' শা শাত্নদা পুন্না চামিন্নবতু মু'ঙাইবনিদা। ইমানা ইতং তৎতন্না ম্যারী তৌই—ইমাখোয়না অঙাং ওইবিদৈদা খাবক অয়াইবনা চাকথোংবী শান্নরকপা, ঙাতোন অতেকপা উয়ান চি্ক চি্ক লাওনা থোংঙগা চাবগী মহাও। হৌজিক্কী অঙাংশিংদি মঙ-হাগুম খল্লবনি। ইমুংগী কোন্নদবা ময়ামতুগী খল্লুবদা শিদনবা চাবগী ম্যাখলদা অতুম মরৈরে। ঙসিস্থু ওফিস কারমদাইদা ইচাশিংনা তপ্পকপা পোৎ ময়ামতু নিংশিংঙকই—

"বাবা তোলোব ফংঙগা ঐগী খোংঙুপ লৈবীরকউ, ঐগীদি লাইবিক লৈবীবকউ, ফুরিৎ তুবীয়ু ... ... ...।" মা-মাগী অপাম্বা ময়ামতু।

হেম্না ময়েক লানা নিংশিংঙিবদি অঙাং মমানা হায়খিবতুনি। ক্বা মতপ অমা ঐঙোন্দা পীরগা নোকমি নোকমি—

"লৈরকঅনি, শোইরোই; তোলোবতি হৈক্রে মনাদা ম্যোমতুনা ফংঙি। মীগী পৈশা শিংগদবনা য়াম্না লৈরিবা।"

মীপনী শিংগদকী ময়ামতুগী খল্লুবদা ছুমাং অনগী কারকই। খুৎ থেক্লুনা মথং মথং পাঙ্গ চেং শোংপগী অশুক, ইনশাং-নাপী ভা-থুমগীনা অশুক, শীংগী মমলনী অহুক। তেন্দ দয়ানন্দগী থাও শোংপগীশু হৌখিবা থাক্সী পীরক্লবরিনা হন্দক্তি ফনা য়াম্না তানি। মথং-মথং কাইথোকখিবদা ফংঙক্লদৌরিবা তোলোবতুনা কৌন্নবগী রা লৈত্রে। জিঃ পিঃ ফন্দগী ককখিবগা সাইকল এদভান্স লৌরুবগী শিংগংপদা তোলোবগু জুনা ফংদ্রবনি। চংকদৌরিবা ময়ামতুগী খল্লুবদা কোক অসি লুমথরকই। চুম্না ফম্মবদগী ফক্লাদা ভাথতুনা ভাহাক পোথাই। মুংশাগী মৈশানা কনবনে হকচাংসি অম্বোন চল্লক্লুনা উইরি উচবি তৌরুরমাল্লে মন্নুংদগী কোল্লিং বেলগী ক্রিং ক্রিং লাওবা মখোল তাবদা মিং খংশিং শিংডি। কা মনুংদা চংখিবগা সাহেবনা হায়বকই—

"তাতৌম্বা ঐখোয় যুমদা অমুক্তা লাও হায়তুনা তৌজিফোন তৌবকইনে খরা চংলুবো। ওফিসতা চল্লক্লবস্ত য়ারে।"

"সাব ঐবু তোংলাবতদি লৌথোকচরগী চংপা য়াম্নোইদ্রা?"

"তোলোখিতি চৌজিক লৌবা য়ারবা নত্রো?"

"কেসিয়ার লাকত্রি সার। হোবেন পুং অহুম মখায়গী অথুরাইদা যেনগনি হায়।"

"অঙ্গুদি ঐগী য়ুমদগী লৌখ্রো। তাতোম্বিনা হয়েং তোলোব লৌথোকঅগা অমুক পিশিল্লক্লবা। তোলোবতি কয়ানো?" সংছেবনা চে মচেং অমদা হুনা হুনা হংডি।

"চাতরেংতগী তরুক তাবনি সার।"

"সে, থাদোইদা চেসি পিযু। অদুগা থাদোইদু রেফ্রিজরেতবদা হাপ্পা পোৎতু সোইদনবা য়েংঙু হায়যু । মৈ মুত্তনবা চিক ইনজিনিয়ারদস্তু টেলিফোন তৌখো হাযযুকো ।"

"ফনি সার।" এগী সাইকল লুকোকপীদু খোবগা সাহেবকী যুমদা চৎলে ।

মেম সাহেবতু শুমাংদা হজং হন্দা চৎতুনা মযাম্না থবক শুবিবদু যেংঙম্মি । ঐ উবদা হবাও হবাও কৌবকই —

"তাতোম্বা চংঙকও । ঐগী অঙাংগী বার্থদেনি হাযবগা তাতোম্বনা খঙশিন্নদনা লৈথোকইসিব্র করিগীনো ?"

মেম সাহেবকী রাঙাংশি হায়ফেৎ রাবৌব মাল্লি । ঐনা ঙাকথোক্কুনা খুম্মি —

"খঙশিন্নদবা নত্তে ইবেম্মা। ইবুংঙো সাহেবকী থবক চিন মনবসিদা থাদোকপা যাদতুনা ঙে বনি"

"নখোয়গী সাহেবকী মতুং ইল্লবদি ঃ বংোক তাতোম্ব নখোযগী সাহেবসিদি মুমিৎ চুপ্পগী থবক চিল্লিদা হাযদুনা ঙাইহাক্ত মুংঙ,ইথোকপা ঙমজদ্রবনি। অদু অতোম্বা এনা কৌর্জারর্সি ঙতৈগী নত্তে সনা শাকমদগী লিক অমত্তা লৌবিরম্মু হায়দুনা তৌবনি গারিনা চৎকদবনি, কুইরোই । অদুগনে তাতোম্বা, হল্লকপদা কৈথেললোমদা চংঙগা তোই ইন্দসত্রিগী মেনেজরদা অঙাংগী শান্ন-পোৎশিংদু পেকিং তৌবা লোয়য়ব্রা চংবিরকউ। লোইববদি গাবিদা খরা পুবীরকউ ।"

'করম্ব। শান্নপোৎনো, কয়া পীবনো ইবেম্মা ?"

"হেরা হোরেন বার্থদেদা লাকপা অভাং মমান্নবশিংদা য়েনথোক্লবা শান্নপোৎ থর। শিংঙম্বনিদা লুপা লিশিং অনিতগীনি। পৈশাগাক পীরন্নবনি।"

লুপা লিশিং অনিগী শাৎন্নপোৎনি হায়বা তাবদা ঐহাক কোকচাওবী কাই। অৎবু পুন্নমক নমশিল্লগা তপ্পা খুম্মি— "য়াম্না ফনি ইবেম্মা, লৌজরক্কে। সাহেবনা চে অমম্ম ইবেম্মদা পীরকই।" ভসাই শিন্নরকপা চেন্থু ফুরিৎখাওদগী লৌথোকঅগা পশিল্লি। শিন্নরকপা রাফম অতৈম্ম তম্মি। চেন্থু পারগা মেম সাহেবনা নোক্লা নোক্লা হায়রকই—

"তাতোম্বগী তোলোবসিনদি শিনবা কোনত্রা ?"

"কদাইদগী কোন্নজরুগনোদা ইবেম্মা, ওম্বোক্লা রানা লেনগ্রপোৎনি।" শকফম হনজিন্না খুম্মি। মেম সাহেবকী ৎবাক্তা য়েপ্পা বেগ মচান্থু লৌথোকঅগা লুপা চামা চৎপী তরেৎথক শংতোক্লুনা পী। পীনা পীনা হায়রকই –

"সে, তাতোম্ব। লুপা চাৎরেৎনিকো লুপা ওরুক্তি ঐনা ইপ্পিরবনি।" ড্রাইভরদা ওনশিল্লগ অম্মক মখা তাক্কই—

"ড্রাইভর গারিন্থু তাতোম্বাগ থবক অমত্তা চৎমিন্নরুচো।"

অভাং মথুৎ শম্মগা হক্কৎ হন্দা চৎমিন্নরম্বা ড্রাইভরন্থু শন্দে। গারি মমায় লৈথোক্লকই। খিঙ, খিঙ লাওবা ড্রাইভর নহান্থু যান্না কৈ। স্কুলদা অভাং, থিন্দোক খিনজিন থরা তৌবা, কৈথেন

কাবা, মেম সাহেবকী মপাম চৎপা, দেব কর্ম্ম চৎপা ঙম্নমক ত্রাইভরক্লুনা পুই। অয়ুক অঙনবদগী লাকপা না মুমিদাং থেংনা হমখমা অয়াম্বনি। নোংমত্তা তল্লি হায়দে।

মেম সাহেবনা শিন্নব থবক থুদিংমক লে ইবম্মগা ঐক্ক যুক্ষা হল্লকএ। চৎনা চৎনা খল্লি — অতৈ কৈবা কোন্নরবম্ভু ঙা চরা অমত্তংদি মীৎনা উইশিন্দুনা লৈগ্রগে। যুম হেক য়োৌখিবদা পৈশা অমত্তা লৈহৌবা বাইদবনি। কৈথেলম্মোমদা হায়ত্রিক্লগা ঙান্নোনমমদা চংহুনা মথং মথং য়েংক্লি। অহলাব মতঙ্কিা ঙা কৈবা মীমা চিক্ক চাইনবা ঙম্নদে। ঙাযেনবীশিংস্ত মাত্থু খঙক্লগা ঙাগী মমল রাংনা রাংনা হাযবকই। ঙাতিন্দু ফনা ফজরে। মশাম্বু তেঙ্কই। মমল হংবরু লুপা মরিফু (লু: ৮০) হায়রকই। পোকপদগী ঙাতিন চাত্রি। হাওবদা ঙাবা-ঙাতিন হায়নবদি তাই। মহাক য়েংমিংঙকই। ইমা ইচাশিংস্তু পীজনি ড়ি। অডুবু মমলছুগী খল্লু-বদা স্বোর ফুল্লি। লুপা হুমফুগুম্বা (লু' ৬০) য'ববদি থোকঅবা লাকঅনি হেক্কা লৈখ্রগে থন্দুনা মমল ঙাংনরিডৈদা মশা নানবা মুপী অমনা ইমাং মক্তদা লুপা মরিফু চেরেং চেরেং লাওনা থিগ্রে। মতুং ইক্সককপা মনাই গুপাত্নুনা ঙাতিন্দু খাওদা হাপখিবা উরগা ইকাইমুং শ য়ান্নন মায় ঙ শং ঙানা মফমতুদগী থোক্লকই। থর অহোং অচাওং ফংগত্রা থন্দুন কোইচৎ চৎলিডৈদা মুমিংস্তু তাশিল্লকএ। থোক্লবদি থোংবা ফরক তাগদবমিনা মাংদা যোঙ্কিজা মকুককজা একাহ্ হেক্কা লৈশিল্লগে থজে। হিংইনা মশাইগুপ্পাকলা কদা চেঙ্ডি মমল হংথবু কিল্লাদা লুপা ৩৮ দগী

পৈশা অমা তাও য়াদে। থেংখিদৈ শরুকপুদি অহুঙাইরে খন্দুনা কিলো অনি ওহ্নোকহল্লে। পৈশা পীগে হায়হুন্না ফুরিৎখাও হুম্মুবদদি পৈশা য়াওরমদ্রে। ঐহাক শাই লাওই। লল্লাই শাংগ্রে। ফুরিৎখাও খুদিং শুনা হুমহুদা য়েংঙি। য়াওদে। থিবা য়াবা থিবদা ফংদ্রে। হুমাংনা পুংলুপ লুপ্পি। রা অমম্ভা হায়রমদনা তুমিন্না থোক্লকএ ; ঙায়োনবীহুনা করি করিনো য়াম্না ঙাংহৌই।

রাখলদা উংহুনা ঐনা য়ুমলোমদা হল্লকপহু হকচাংসি পুংহিক হিকথৈ। মিৎ তন্দন পাইরে। চৎনা চৎনা মঙ মংঙি। লম্বী উবক্তে। করম্না য়ৌরকখিবনো খঙহৌদে। কোম্নোং হায়জিন-ফমদদা ভাব তারকই-য়ুম য়ৌরে। সাইকল থমজিল্লগা ফিরোলগাক হোংদোক্তবমখৈ ফমুংদা পত্রাক হিপচিল্লে। অঙাংশিংহু মখোয়না তপ্পা পোৎ লৈরকঅত্রা হায়হুনা য়ৌ-য়ৌ ফনা তৌরম্মি। ঐনা শুকথুম খুমত্রবহুদদি তল্লমাল্লে চৎথোকখ্রে। ঐগী ইতৌহুদা ইমাখোয়দি হুংশা খিজরবজাংনি হায়রকই—

"মুপামচা করি তৌরে? নপা ঙমত্রব্রা?"

"কৈশু তৌদে।"

"অহুদি নক্ষি নরোলগাক হোংদোকউদনা।"

মাহাকস্থু চাকথুমলোমদগী থোক্লকই—

"ঐদি চাক লোইরে।। চানবা তৌরসি। কৈদৌরগে তোলোব ফংঙক্তবো?"

পৈশা মাংখিবগী রাতু হৌদোকটবদা মহৈ মহৈ পাখৎনরে মাংজ্রোনা। শোৎচিনবশিংতু ফংঙকপা তোলোবনা শিংদোকথ্রগা অমুক লৌথতুনা মথৎ-থাগী ফংদ্রিফাওবা শিন্দুনা হোৎনরিবা ইমুংহুদা থা অমগী তোলোব পুশিন্দনা তারগদি করিনো তৌগদবতু। থনফম থোক্তে। রা লান অমত্তা ভাংনদে। অঙাংশিং পীজথ্রগা অতৈদি মুমিদাং অতু চাক অমত্তা চানদ্রে। অহিং নোংশোইবা তুম্বা য়াদে। অরোইবা ওইনা অমুক্তং য়েংগদবা হায়বব সাহেবতা মখোঙ পাইতুনা হায়জরুবা। সাহেবতগী লৌবা পৈশাতু তম্থাই অমদি মথৎগী তোলোবতা শিংজরগে হায়জরুবা নত্তনা উপাই লৈতে।

নোং ঙান্নবগা ঙস্তানা সাহেবকী যুমদা চৎলে। কনাসু হৌপ্লৎনরমদ্রি। সাহেবকীদা লৈবা পীয়োন্দুদি ঙব্লাংগী বাথদেগী চাইথোকঅম্বশিংতু লোইশিন্দুনা লৈরম্মি। ফনা কুইনা ঙাইবব তুংদা মেম সাহেবতু হৌপৎলকই। ঐ উবদা ইঙক ঙক্না হংঙকই—

'হৈমা! তাতোম্বা অমুক ঙন্না·····? করি তৌবে?'' ঐহাক পাক হৌদোকপা ঙমদতুনা থুৎ শুরু, শুরু নোয়বগা লপ্তুনা লৈবতু উবদা অমুকসু হংঙকই—

'করি তৌরগে? হেক্তা হায়য়ো।''

ঙরাংগী শেন মাংবগী বারীতু ঐনা য়াম্না শুংঙাইতনা তম্বতু তাবদা মেম সাহেবতি ইশি শিনা নোকঅগা হায়রকই—

'অতুগী ওইবে তাতোম্বনা অতুক থন্নাই মুংঙাইতনা লাকইবদো। পৈশাতু মাংজখ্রম্ন কৈদৌরগে। অমুক শিংজিল্লক্রম্ন য়ারে।"

"ননাই ঐহাক শিংবদি শিংজগনি। অতুবু ইবেম্মখোয়না চানবীরগদি থন্না তপ্না শিংজবা য়াগদ্রা হায়জগে লাকচবনি।"

"শিংঙকঅনুও। শিংঙক্তবস্ন য়ারে হায়রিসিনে।" মেম সাহেবনা মুংশিনা হায়বীরকই।

"অতুবু ইবেম্মা, ইবুংঙো সাহেবক্তা অমুক্তদি হংগৎচরগা—..।

"সাহেবতা অমুক হায়রুদ্রবস্ন য়ারে। এপী পৈশানে। ঐনা শিংঙকঅনু হায়রিসিনি। নখোয়গী সাহেবতি রাৎলি হৌগৎকদবা।"

অতুদি ইবেম্মা ননাই এম্ন হুমজরগে। ইবেম্মখোয়গী লমনসি পুন্সি চুপ্না শিংবা ঙমগনি নিংদ্রে।

"ফবে, ফরে চৎলো তাতোম্বা।"

ঐহাক সাইকল ইম্হোল্লগা লাকএ। চৎনা-চৎনা ঐগী কোক্তা অরা মুংঙাইগী ইরৈ অমনা উরু-রু লৈশিল্লকপঙম হৌই। পুকচেল ফজবা সাহেবকী ইমুং তিন্নরুবদগী ঐহাক লাইবক ফবিবনি। অমুকস্ন থল্লি, মী অমগা মী অমগা খেন্নরিবসি খেন্নগ্রেদা। অতুবু ইংনা তপ্নদি হিংমিন্নবা তাবনি।

স্বোর মপী অমত্তং শাংনা হোল্লগা গ্রোক গ্রোক লাওররা ঐগী সাইকলগী খোঙনেৎতু থুৎলৈ থুনা লৈশিল্লকই। ✪

# কৈন্যা কুমারী

কৈন্যা কুমাবীগী সমুদ্র খোংবানমক্তদনি যাত্রিকশিংনা তোংবা বসকী থাক্‌ম ওইরিবতু। মকম অতু হেক য়োবদা লমশাং লাকপগী রারম্বা পুম্নমক ওম্না মাংখ্রবগুম তৌই। কালেনগী শাববা মতম ওইতুনম্ন সমুদ্রগী থুমহী পুবা অইংবা মুংশিংন য়েবদা পুক্নি হকচাং ইতেক তেকখংলি। অযুক্নী পুং ১১ বোম তারে। য়েইতব অণ্ডাংতুনা ঐবু লমজি খিবতু হোটেল নারমোধাগী অনিশুবা মথোনগী তরেংশুবা কাদনি। হুমাংনা চনপ্পববা হকচাংসি ইকজনিংবনা ওাইওমদনা খোংওুপ মবী লৌথোকপা হোংনরি। হন্না য়েংথোকখিবদা অণ্ডাংতু তুফক তুফাই চপ্না তুংদা লেপলমলি ইকাওবু কাওরুবে। ফুরিংখাওদগী লুপা অনিচংগী অমা পীরগা

"থিক হাঁয়?"

"হাঁ জি।" হরাও তরাও চেনখি।

ইকজকম কাদা চংওুবগা থোক্লকপদা "ফ্রং" লাওবা মখোল অমা তাখিবতু থোইনা খস্তকদে। দ্রেশিং তেবল মনাক্তা চংশিন্দুনা শমজেং হাংপা লোইবগা তনান তনান থাবিবা ফমুং অনিতুগী অমদা লোংনা হিগুনা পোংথাই। পান্দম যাওদবা ঐগী মীংয়েংতু তপ্না উংবা শিলিং ফেন্দা ভাহাক পলুই। কদোম্বদগীনো থংনিং নিংশিংলকখি—জিরিবাম দাকবাংলোগী ফমুং অনি থাবা কাহ্।

কালেন ছুটি মমুংগ। ওইবনে খোঙচৎতুমদি কোম্মীরৈস্ম য়াওগনি কন্না মহায়রে। অচুম অরান্দি খঙদে, পংঙাং ঙাংনৈ জিরিবামদা পোষ্টিং ত.বা য়ুম কায়নগল্লি। ইমুং মমুংগী মুংনাংবা নিংদোন পোম্বগী রারী অয়াম্বনা তানৈ। জিরিদা লৈবা চহি অনি হেল্লকঅবসিদা কোম্মীরৈস্ম যনা পুকচেল চাওথোকে খল্লম্বহ্ ঙমলক্ত মাল্লে। মাতনদি মুন্না খঙজবা এগী নহা ওইবগী শাজৎপু মপুক্লিং লুমজদে। থোইদোক্লম্ম ইচা মুপী অহন্না চহি মঙা ফাজিল্লকঅফাওবা মথা নাওয়োন তারক্তবহুদা মাগী মুংনাংবা হেল্লি। করিগুম্বদা অথেংবা অহিংদা, মী চিকপা তাল্লক্তা হেক হেক হায় —"তাং তৌহুনা ঙাওশিন্নবীরকঅম্ম। থোঙ্গান হেক থোকখিবদগী য়ুমগী রা পুমকাও কাওগ্রদৌহুবু। ইচা মুপী অমত্তা ঙাইরিঙৈসিদা চৎহৌরসিরা খঙদে।" নোকমি নোকমি ঙাংঙিদি হায়রবু মথম্মোয়গী ফিশিহ্ খঙই।

কুম্মীগ্রাম এরোপ্লেন তাফমদগী জিরিঘাৎ ফাওবা তেক্সিনা চৎলি। হান্না পাও থাঙ্খবনিনা দেরান পীওন্দু ঙাইরম্মি জিরঘৎতা। ঙরাং নহানগী নোং মুংশিৎতুদা তিন হুমদোকন্তুরবা ক্বাটর শেমজিনবা লোইহৌদবনা দাকবঙ্গলোদা অহিংতুম্না লেকপা তাখি। ট্টাফনা চানা থক্লবা থৌরাং লোইরম্মে। মুংথিল ঙাহাক পোৎথাক্লরগা চৌগৎলকপদা মুহিং ফনা য়াম্না পৈথরম্মী। শাবদি পংহন হন্দ্রি থৈবোং পাম্বী, হৈনৌ, য়ুবী পাম্বীনা কুংনা হৌবা দাকবঙ্গলোগী শুমাংহ্ য়াম্না ইংঙি। ঙাহৌ-ঙাহৌ চৎতুনা ঙাহাক হকচিক লাংঙিঙৈদা কোম্মীরৈস্ম ইরুজরুবগী মশম হাৎনা হাৎনা থোক্লকই।

কনাস্থ লৈবমদবা দাকবঙ্গলোগী মী চিকপগী খুদোংচাবা লোদুনা কোম্বৈবস্থ থরা কোমথোকচৈ। মোইরাংফি চনবা হঙ্গামপান ফনেক অমা ফিদোন চিংখত্তুনা শেৎলিবত্তুনা লোইবে। থোঙ্গালজোমদা দেরান চংলকপা টবদা কোম্বীরৈন --

"দেরান, নং লাকঅবাবে। চৎলসি, চৎলসি। মোই ত্তামোস্থ ফি হোংদোক্পীবো"

সুমিদাংরাইরমদু লম য়েংব ওইনা চৎথোকউহ — বোরোবেক্র দিবোং, কুট্রিখোং · — । হল্লকপদা কৈখেলদগী লৈবকপা ইনসাং নাপীদু দেরানগী মপোং ফাবে। বোবাকী ইলিস অনিথকস্থ লৈরকই। দাবঙ্গলোগী হায়জিলফমদু যৌরকপা মশা ন নবী নগা অনিথক্লা

"হৈমা! তাইঙো, ওসি লেংঙকখ্রা? হন্দক্তি · · সাহেবস্থ লোইনবীবকথম"

"কদাইদ্রা চৎলুবিনো নখোযদি?"

"নহানগী বীলত্তুগী ত্রিজরী ওফিসাব উন্নকরিবা। পৈ কাইথোকপগা তাইগীদা লাকচবিনি।"

সুপী অনিহুনা লোইশিনবা নংইদথৈ কোথ কোথ ডাং লেবহুদা কোম্বীবৈদি তানিংদ্রমাল্লে দেরাংগা চংমিন্নখ্রে। ভাহ চংমিন্নরসি হায়বগাক ত খিদে। ভাহাক বাবী শারগা হল্লজিনখিবদা, কোম্বীরৈদু ফমুংদা হিপ্তুনা লৈবম্মি। দে চাকথুমলোমদা ভা শেম্মী। ভাংবা শকপা অমত্তা থুম কৈদোরে নশা ঙমদ্রব্রা?' থুমদে। 'নংগীসিবু চাক থো'

ঙম্মবোইদ্রা ?" শাওরংননা থুম্মকই—"ঙম্মবোই।" হোয়, হোঁয়। সনা ইবেম্মা, পোৎত পোম্বাবীবো।" দেব্রানঙ্ক থোঙ্গে হায়বক্তে। মহাক মন্না খংঙে—মাগী মেম স্নাহেবসি মীগী চাকথুমদা চাক চাবা, অতোপ্পনা খোং-থাকপা চাব্বা কয়া পামদে। মাগী তৌগদবা লোইবম্মগা মযুমদা হনগ্রে।

মুমিদাং অহু কোম্মীরৈ থেমনবদা য়াম্না রাখি। দাকবঙ্গলোগী নোংপোক থংবা মাঙ্গোন্দা ফমহুনা জিবি ভুবেলগী ইচেল্ল য়েংহুনা অহুম লৈখি। শাওবংননা হায়রকই—।

"নহানখৈ যুমদা কুইনা কুইনা হল্লক্লিহুদি সিননিদনা।" ঐনা ফনা কল্লা শেংদোকপহু মহাক মনাদা হাপতে। যুমগী অহল অমনশিংগী মমাংদা অফা অপুন্নবম্বহু কনাম্ম লৈত্রবা, অচিকপা মফমহুদা মাগী কেথোকচবা, ওইনজবহু মনিং তমখি। ফনা থেম্মি। চংঙসি য়াখিদে। মীচিক মীয়াওখোন তাশিল্লক্তে, খোঙ্গেল হায়রবু শুমাংদা হৌবা রাংলবা লৈহাও পাম্মীহুদা খোংলিবা উচেক্কু মঙাইবে।" কু-হু, কু-হু।" থেম্মদা কায়-বক্তুবদা ফৈবম্মনা থাংজিল্লগা ফমুংদা নমশিনখি। থুং শানা পোমথোকইবা মচিন্দু লেং ওৎপা ঙমহুনখিদে। তুমখিদে। অহিংহু শুকতুম তুমখিদে। মাগী য়াহং, ঐগী পাওথুম। নোং ঙানখিবা শঙহৌদে। চৌকিদারনা থোঙদা কাক, কাক থিল্লঅবতদা খঙখি অযুক্কী পুং মাপল তারম্মে। রেজিষ্টরহু লানশিল্লকই। রিসিত অমম্মু পীরকই - লুপা ২০গী চাংদা ফমুং অনিগী লুপা ৪০ (লুঃ নিফু)। ঙক্লা হংখি—"ফমুং অনিগী।!"

শ্যাউম অমা তারকই । য়েংথোকখিবদা শেম্রাং অমা থোঙনাওগী ফেন রিন্দা পাইশিল্লকপা ওইরম্মে ; ফক্লাংদা নপ্পা মিংশেলগী মথাদা লৈরিবা ফম্বাক্তুদা তোংহুনা লৈবম্মি। ঙসাইগী ক্রুৎ লাওখিবা মখোন্দু হৌজিক্তা ভাব তারকই । মহাক পাইথোক-খিবনি । ফম্বাক্তুদা ফম্মগা মিংশেন্দা তংরিবা মমিহুদা মুন্না য়েংহুনা লৈ । মরক মরক্তুসু খোংাঙ — "চিক", "চিক" । হৌগৎলগা অপিকপা মশা অনিহু ক্রুৎ, ক্রুং থপ্পুনা খোংঙি । হোৎনরিবহু হন্দে । অমুক ফমথৈ. অমুক হৌগৎলি । মিংশেন্দা তারিবা মমিহুদনি মানা কন্না মীতারিবা । অমুকসু অশাওবা উৎলকই—মিংশেন্দা তারিবা মমিহুদা মচিন মচাহুনা কক, কক থিল্লি । ঐহাক তশেংনা খঙনিংবা পোক্লকই—মানা খল্লিবহু করিনো ? মাগী অপাম্বনা করি ?

খোঙদা কাক, কাক—হোতেলগী অঙাংহুনা চাক চাবগী মতম লোইথিদোরে খঙহল্লকখি । দাইনিং তেবলদা লৈরিবা মথেল লুকোইহু অনিরক শুনা হুকপা ঙমদে । শিস্তক লাক্কক, ইমা পোকহৈদগী চাত্রিবা সাম্বার - হৱাই থৈবেং. মঙ্গে পুন্না থোংবা মথেল । চানিংদবনা হিকথরবা ঐগী ইতৌহু থংনবদা ফম্মিবশিংহুনা হায়রপ য়েংঙকপদা ইকাইখং ওইনা তন্না তন্না চখোম মচা অমানি হুকই । মহাক য়াওরম্মবদি শোইদনা হায়বকনি—"রেল গারি মন্নুংদা চাবা পাংদে হায়হুনা চৈখিবহু হৌজিক কমদোই"

নুংথিল ঙাহাক তুম্মুরগা হৌগৎলকপদা ঙসাইগী শেম্রাংহু অতুম লৈবম্মি । হন্দক্তি রারমাল্লে, হোৎথৈ হোৎনরুরগা মিংশেললোমদা

মমাংগী ওনশিন্নগা তুমিন্না কমচনা লৈখ্রে। শ্রীতাবদি তোক্লে। ফিংশেলদা তারিবা মমিচদা খোন্নাংনা য়েংঙি। ফিরোল লেংলা লোইরচনা ঐনা খোক্লকঅকাওবা লৈহৌরি মাদি।

যাত্রিক পুরিবা ফেরি সার্ভীসতুদা চেক কাখৎপদা পুক্লিংসি হায়কম খঙদবা অমা ফাওরকই। নিম, মচুগী ইথক ইপোম হৌরবা সমুদ্রগী ইপাকথক্তদা ঙা ফাবা ডুমশিংনা নাও মচা মচাদা লুপফেং লুপফেং হোল্লিবচু লৈরাইদগী কনা তামখিবা য়াওরে। সমুদ্রদা চাক্তাবা উচেকশিংনা নোংথক্তগী লৈতুম তারকপগুম মচিন্না হুংনা পাইথরক্লগা ঙা মচা কাচনা চারি। কৈন্যা কুমারীগী লাইশং লৈবা চীংচুম নকশিল্লকএ। মখুম পানবা কোরৗগী খুক্তাইদা চেকশিন্না পুবকপা উৎতু লোয়গা খুবাং অনিদা হাপ্লুনা তোংঙিবা কেরৗগী চিদাইরোমদা খাবা য়োংচৈগী মরক্তা নিক্লা নিক্লা খুং তিংথোকখিবগা লোইননা মীংতা পীগী ইরা চেল্লকই। ইপানথাগী নোংপুবা লৈচিন্না অস্লুম অস্লুম নেমথরকপগুম নিক নিক লাওনা খুমহৎলবা মীৎলুদগী পিরিক অমা'নি খুদাংঙা ফোং ফোং শানা তারকই। থম্মোয়গী থম্মোয়নুংদা মুংঙিক্লা শোনখি—"তিনথ্রোকো সমুদ্রগী ইপাকসিদা।" মীংকী পীরাংগা লোয়ননা হৈথঙ্গিবা উৎনা লোয়নাইত্ররা ইপাক্তা ভিনখি। তাংথক নাইবা ইপোমশিংচুনা শিল্লোন শিনজিন পুন্ত্রে-তায়া-তায়া—....।

লাইশংচুদা লাইবক কংলগা কাখৎনৈ। লমজিংবনা তাকই —"অসিনা অচুনি। অসোমদা চৎলু। খোঁঙবু খোঙবু লাকইবশিংচু

নিংজনা থুংলবদা হুয়াও তয়াম্বা কোংদোরকি । অয়মক ফাওই ঐগী থম্মোয়দংহু । কেংদোকফম লৈতকা থম্মোয়িগী খোম্বাংহু থম্মোয়লকাদা ভিনশিবগী বাফমদি । মোন্তবু কনা বাওবনা ইকোম তরক লাকখিবা খোঙচৎতু তাইনফম থঙদুনা পুক্লিং সুংগ্রিয়কপদগী চৈনাম্বু ফাওখি ।

গাইদনা ময়ামদা তাকই—"খোঙ্নন অসিনি প্রাররতীনা তাইবংমীগী শাক্লোন্বা কৈন্যা ওইনা মবুংঙো মহাদেববু চাদ থঙনা ওাইজখি ।"

চাইথখি খোঙ্হুনা কোমী খুজাইদুগী উৎতু । মোন-খোক্তবগুন নিংঙমদনা খোনখি—"মতম চুপ্পা নহাক্না শোঙরম্বা কৈন্সা কুমারী য়েৌরবনি ওসিসি ।" লৈরিবা শঙমতু মিং কুপ্পুবমখৈ য়েংখিবতু কয়া কুইখিবনো থঙহৌত্রে । মাইক্না লাওরকই—"মতম লোইরে ।"

যাত্রিকশিংহু তোর্বানলোমদা কেরী তম্না লাক্লখি । ইরৈবাকী অরোইবা অমৈদা লৈপুনা ভারত মহাসাগর, বঙ্গোপ সাগর অমসুং আরব সাগর ইপাক অমুম্না তিন্নবা সমুদ্রগী ইমাইহু উবদা হায়নিংঙাই লৈতনা মুংঙাইবা পোকখি । মশিং নাইদনা মরি মরি চেনশিল্লকইবা ইপোমশিংহুনা লৈমাইগী মুংজাওশিংতুদা য়ৈশিল্লবদা লুপা মহিনা মরিক মরিক চাইখাইথকম উরি । মুমিংনা নোংচুপলোমদা ঈশিংদা লুপথখিবগা লোইননা নোংপোক থংবা মায়কৈগী মপুংফাবা পুন্নীশ্বাগী থাকুন। ইশিং, মমুংদগী তম্ম তম্ম লিংথৎলকই ।

অসিগুম্বা মুমিদাং অমদনি মাগা ঐগগী পিক্লবা সংসার অম। শেমখিবছু। লমদাগী পূর্ণীমানি। নোংপোক থবা আতয়াদা ভাড্রামনা থান্না তপ্পা তপ্পা কাথংলকপগা লোইননা অঙাং ময়াম্না "হোরিবোলা" লাওরগা য়াওশং মৈ থাগৎনরকপা মতমদনি মাগী পুম্মুম্নরবা থুবাম চেৎনা পাইরগা লবুক লমহাং ফাওত্থনা চেনমিন্নখি কনা খঙহন্দনা। রাশক্লখিবনি - "পুম্নিগী থাদোক্ল-রোইসি। শিবে শিমিন্নসি, হিংগে হিংমিন্নসি।" অচুবু চংখ্রেদো মাদি। স্বোর মণী অমা হোনখিব্রা ঐ খঙহৌদ্রে। য়েংথোকখিবদা কেপ কেমেরিনগী লাইত হাওসতগী থোক্লকপা মচুগী মৈঙান্দু উরকই। মতমম্মু কনা থেংজিনখ্রমাদ্রে। নাক শ্রুৎতা পুমনিন নিললম্বা মীয়ামছু ইতাক তাকথ্রে। থাবলগী মঙান্দা ঙমখৈ নাইদ্রবা সমুদ্রগী ইমাইছু ঙাহাক য়েংঙ্রগা হোটেল নারমৌবা তম্না লাকখি। লাইত হাওসকী অরাংবা মতোন্দগী কাপথোক্লকপা মচু মচুগী মৈঙান্দুদা ইরৈবাকী ঙমখৈ চেকশিন্না ঙাক শৌল্লি।

মুমিদাংগী চাবা থকপা লোইরগা ঐগী কাদা চংখিবদা তরক তরকই। শেন্নাং অছুম্ব লৈরমদ্রে। হিম্না হিম্না থককই—মহাকম্বু ঐগুম্না কাইমা মৈচাক ফংঙবা অমরা ? নত্রগা কোম্বীরেগী থরাইমা ঐগী ইতু ইন্নকইবরা ? ইরৈদা কাওশিংনা লৌশিন্দুনা লৈবগুম শেন্নাং অছুগী রাখলবা ঐগী কোক্তা কনা তুইনা নৈচ্ছুনা লৈখি।

# লাইরিক ফোঙবা

হয়েংনি, লাইরিক ফোঙগদবদি। থবক্তি ইতিং হিংত্তি। মখ্রি য়াওগদবা থৌরমনিনা মীদি য়ামগনি। থৌবমগী অহৌবদা শোয়দনা হায়রকনি—অইবগী ভাসন মতেক অমা, লোইননা করম্বা মতমদগী ইবা হৌখিবা? ইনিংবগী রাখল কবম্না পোকখিবা? হায়রক্রবসু ঐনা কোংদোকক্কম থোকই।

ইনিংবগী রাখলদি ছাত্র ওইরিঙৈদগী লৈরকই। স্কুল কলেজগী মেগাজিন হাপ্পবা রারী মচা, শৈরেং ইগে খনখি। থবক ওইনদি খক পাংথোকখিদে। খনবদি লেপ্তে। হিংনবগী লানফম থেংনবদা খোর ফাওবা মকা লাম্না হোনবা ওমজম্রবা মতমসি ফাওবদা অতুম খল্লি। ইপুম থীংনা শুবগীসু শীংথানবোইদবা ওফিসকা থবকসিতনা মতম চুম্মদা ঐগী কোককি রাই চিলহনখি।

নুমিৎচু নোংমাইজিংনি। মরি মশানিগী মমাংদগী জিল্লাই খোঙ্গী চুরবা অমনবা ফাইল ময়াম অমা হাইদোক হাইদোক্কুনা মরী লৈনবা চে-চাং থীবদা খোয়দৌ থীৎপহু ওসিদি ছুটিনিনা খরদং পোৎথাগে খনবনি। মামহন্দুসু য়াম্না শোল্লে। নিংঙমহৌরোই, ছুটি নুমিৎসিদা ওা অচৌবা অমত্তা পুরগা চামিম্ররুগে। লৈকাইগী অহল অমা লৈখিদবতসু সোরাংকী বার্তন য়ৌরকঅনি অমুক্তা হংহৌরুগে। পুৎথকৌবা ময়াম কুপখংনবা পংখন খল্লি।

মোর্নীং রাঙ্কিং ঙাহাক চৎলুরগা ইরুক্তথোক্লনা চা গ্লাস অমা থক্লা থক্লা ওরাং পাবা ঙমহৌদবা খবরত্থু য়েংভিডৈ থংনবা কাদা লাগ রক পাম্মিঙ্গবা অঙাং অনি খংনরকই। মতাং চানা মমাগী থুংপাক্লা র'তেমাখিবদগী ইরাংতু নেমথখি। থুংপাক্কী চৈনাথোন ঐঙোন্দম্ম মচেক হায়দোক্লকই—"মোই বাবানা অঙাংশিং লাইরিক তৌরিসি মনাক্ত্রা কম্মগা থরা য়েংবীনদি ফগদবা। ওফিসতগীম্ম থবক চিল্লি হায়ত্থুনা থেংনা থেংনা চল্লকই। থরোশংবীনা শোম্বাংননা মমৈ খোমখিবত্থু কোকসিদা ইরৈ মচা অমা ঙাহাক লৈশিল্লুশ্মি।

খবরগী হেদিংদা ময়েক লানা ইরম্মি—মফম অত্থুদা লালহৌবা কংবুগা লানমীগা কাপ্পবদা অত্থু শিরে। খুৎলাই অত্থুক পুথ্রেইয়ে, মশক খঙদবা অশিবা অমা তাংনা লৈরম্মে অংগী মচাত্থু কাপ্পুনা হাৎলম্মেইয়ে। লোয়দে। মীযামদা যেন্নবা পীথরকপা চে' এজেন্সনা লোম্না য়েন্থোকখিবা, নৈত লাইবগী থাদবকপা শেনফম প্রধান্না হৈনথোকখিবগী রাকং, য়ামথ্রে। পেল্লে। নুমিৎ খুদিংগী অসি ঙাক্তা। হৌগৎলগা অঙাংশিং লাইরিক তৌফমলোমদা চংঙি- "অচৌবা, নং করি করি পাবে? পিনতুগীসিদি অঙ্ক হোৎলিমাল্লেনে। হোৎলু হোৎলু।" মপাল্লোমদা হংখিবগুম তৌই হায়ত্থুনা থোকখি- বদা ওফিসকী চৌকিদার তোম্বত্থু লেপ্পম্মি। ফুরিংথাওদগী চে মচেং অমা লৌথোক্লগা পীবকই। ইনম্মি—ঙসি পুং মাপলদা ওফিস কারক্তম্বা য়াদে অরুবা থবক অমগীনি। ঐহাক শাওনিংবনা পীং লাওই। খঙ্গডি, অরুবা হায়রিবত্থু অতৈংকরিশু নত্তে, চহি

লোইশিল্লমদাইগী থুং অনি থাদুনা চাদিং তৌহৌনবগী থৌরাংনি। ঙহাক থল্লগ" চেতু শ্রু শ্রু নোইশিল্লগা লংথোকখ্রে। চংজুদে।

নোংঙাল্লগা ওফিস থবা ঙল্লপ কাখিবদা চিফ ওফিসারদু মৈ হৌনা শাঙবম্মি। রা অমা অনি ঙাংনবগা ঐন্দু কাদা চংদুনা চৌক্রিগী নঙ্গন্দা ঙাথরগা হুমা হন্দোকপদা ঙাইবি মশম লেংপাক যৈবা জিনগী তপ নপ্পা খোংগ্র ও শেংপা নহা অনিথক্কা বীল শাবীবমদে হায়দুনা কেরানী মুপীমচা অমদা কথা থীনা চৈবীরে। ঐনা থরা কল্লপ ঙাংখিবদু নত্তবদি মথা যান্না তাথবক-অমগনি। "এখোয মুংথিল অমুক ল কনি" হাযবম্মগা মুক্‌ন্‌ থোকখিবা শক্তাশিংদু উবদা তীল লৌই।

চহি মতাংগা রাথলসি ফনা হন্তববনি। মখোযগী নতোদুদা "ঈ" শাগৎলকই। ফুবিং খুদাং তাখৎ তাখৎনা শোনবোই বখিবোত তৌথি। ঐখোযম্মু ফনা তিনকি লাইকিদনা ভৌবকপনিদা মানা লাকচবা পংয়া য়াবক্তবনি অঙাং ওইবিবৈদা নিংঙাহ .এবগা আবোক্কা হাযখিবা লৈ—"মাগী চক্রিসি হেক ঙনদ্রিবৈ যাবোইদৌনি। মবিংজেল খাদৌবি। কম থোকঅদৌনো থঙদে।" হৌজিক্তি কদাই? মহু মযাই পুংচম চমলবা লূদা চংবা লাইরেনগা চপ মান্নবে। সবকাবগী থবক মচা অসি জোকববদগী চৌন-যা, খোঙ-থুং লোইনা ফাজিল্লবনি। হিংচাবী' মচাগী থবকসি তৌবিথৈ মী ওইররোই তোকঅসিবা থনবা থে খ ঙ থামখ্রে।

ঙসিস্থ মিক্তন্দু কাংঙকই। অদুবু থংনবা মীৎকুপ্তা শং শংনা উবকই—মেনথৎপগী লোইবা নাইত্রবা ঐগী ইমুংগী ফিভম। মচাশিংনা

হায়বা ইনবম্নিক্রবদা মখোয় মরিন থিংপমখৈ শাওনিংলবা থরো-শংবীনা হেক হেক ঙাংঙি —"নখোয়বু করম তৌহৌগে হায়রিনো? নখোয় বাবাস্ন পেন্সন নকশিল্লকএ। অঙাং শেমগদবনা ৱাৎলিবা।" খোঙহৌ থেংখিবা ঐঙোন্দা অরেং অরেং পুৎথরকই।

অমুকস্নু নিংশিংল্লকই ঐগী লুহোংবা হুমিৎতা থোঙ্গাল ফুম্না য়েংলম্বী নৈশাবী ময়ামতুনা লাওশিল্লকখিবতু "হৈমা! বোরসিদি য়েংঙু হনুরেরানি।" ময়াম রা-রা নোকখি। ইনাক্তা ফম্বা বোর ইমান্নবা অঙাং অতৃমগী মপাতুনা গারিদগী মঙক লিংথোকঅগা লাওরম্মি—"নৈ অপংবীশা, মোরোক অকংবনা হেন্না শাবনিনে।" অতাবা কাংবুন শিথ শিথ নোকহৌই।

শ্বোব মপী অমনা অমুক্কুং খোইদৌ ফাথরগা তিলাই খোম্বী চবরা ফাইল মপৈতু মথং মথং য়েংঙি। ফনা কুপ্না থিরবনি। অনখক্তি ইফং হেক ফংদ। চফি মঙারোমগী মমাংগী চেনি। লুপা তবা পীবা পোৎতা লুপা চামা পীতুনা লৈখিবগী ওইরমাল্লে। থীগৎনরক্কুনা মরাল লৈবা মী চৈরাক পীনবা চপখৎলকপনি। মকোক থোংবনা তৌখিবা অরানবশিংতু অচুম্বা ওলহন্নবা পাওথুম্না মখাদা। লৈবশিংনা শেম্বা তাবা। ঙমদ্রগনা থবক হৈতে, মতিক চাদে। অসিতনি। হুমাং কাংবমখৈ থিরিঙৈতুদা পুলৈ কুচুগী তোঙ্গানবী নৈশাবী মচা অমা ফাইল অমা পীশিল্লকঅগা হায়রে —"পাবুং, ঙসি ওরদর থোক্লবা থরা তৌবীয়ু।" অমুক অনিরকম্ন উখ্রবগুম তৌই মুপীমচাত্ত। ওফিস হুটি থারমদাইদা চিফ ওফিসরগী

কাদা, অমুক্তা মন্ত্রিগীদা ওইরমাল্লে। চক্ক শোগৎলকপদা শিং য়াংশিল্লকপগুম থোকখি। অতুবু ফাথরগা থুমখি—

"থনম্মু য়েংগে।"

"অদু পাবুং, চিফ ওফিসারনদি হৌজিক থাগৎহল্লকউ লোইশিনবীরগে হায়য়ে।"

"হোয় খঙ-ঙেবা।" কল্লপ খুম্মগা হান্নগী ফাইলদু মখা চৎথনা য়েংজি। শকহেনবীদু ডাহাক তুমিন্না ফল্লমলগা থোকখ্রে শাওগৎখিবনা থিরিবদু চনিং তানা য়েংবা ঙমদ্রে। চেনাদা পংহাইদা হায়দোকই। থেংনবা লৈতে। পীগল্লা হায়রে— "চিফ ওফিসারগী কাদা অমুক্তা চংবীরকওইয়ে।"

উপলম্বা আনোক্ত লৌখোক্লগা লেক চাবব মায়দু কনাল্ল তৈথোক তৈথোক্লা চংখিবদা ওসাইগী শকহেনবীদু চিফ ওফিসারগী মায়য়োক্লনা থাবা চৌক্রিদা ফমদুনা লৈবম্মি। চিফ ওফিসারনা হৌদোক্লকই—"হেদক্লার্ক, ইবেম্মসিগী এপোইন্তমেন্ত ওরদবদু হৌজিক অমুক্তা লোইশিনসি।"

"এদহোক, ওফিসিয়েটিং সবস্তিত্যুত কেজুয়েল অমত্তা হাপ্পা য়াদে হায়বা অথিবা অমা লৈবনিনা মসিব ? " চিফ ওফিসারনা মখা শমথখ্রে—"এক্তিং হায়রগ নেয়রে" টেলিফোন ক্রিং ক্রিং লাকই। তপ পাইখৎলগা—"গুদ মোর্নিং সার—তাকপীয়ু সার," "অহোয় সার—য়ানবা তৌজগে সার কনি সার!" টেলিফোন থম্মগা ঐঙোন্দা অয়ুক ওনশিমল্লকই. "পুং অছুমদা

মন্ত্রিগীদা গিতি অমা লৈ। মতুগী মমাংদা অমুক্তা লোইশিনশিকো।"

হোয়, মাই হায়দনা ঐ তুমিন্না অহুম থোক্লকএ। ওসাই হাংদোক্লব্বা ফাইলদু শুপপাই পাইরগা মচি অমদা লংশিনখি। অরানবগী অরানবা ভাগাক্তা। মীয়ামগী য়াইফনবা থাদরকপা শেনয়াম মীওই খরতগী শেঙ্গাওদা চংখিবা। লৈত লাইর কয়াগী চাকথুং মুল্লগা চাখিবা খল্লুবদা মৈ হোনা শাওনিংঙি। কল্লক পেন্না চৈনিংঙি। লাওনিংঙি মপান কাংজৈবুংদা খোনাওসি হেক কাইবমখৈ। খুদোনবী থিন্দুনা তাকথোকনিংঙি – তেবলদা ফম্মগা কলম্না মীয়ামগী মরল শগুন তৌরিবা হুরানবা মপীডু অসিনি। সোরোক ময়াইদা লুং খরা চাইথোক্লগা লুংথিল পোবোপ্পা ফোংনা লুং তৌবিবডু মহাক্লি। অহুবু উনা উনা, খঙনা খঙনা ফোংদোকপা ওমখিদে। শুপ্পতগী খবক মচাসিগী খল্লুবদা ইশানা ইশাবু মীনমজখি।

পুং মবিমখাই তাগ্রে। টেবলদা চাইবা ফাইলনচিংবা লোইশিল্লিজৈদ টেলিফোনদা কৌরকই—"মরি লৈনবা চে-চাং পুবগা মন্ত্রিগীদা লাকউ।" টেলিফোন গ্রোক থম্মগা খঙহৌদনা হায়দোকখি "পুং তারকানসিদা হৌজিকপু⋯ ।" মখাডু কয়া ফজদবা খোনচোপ্পি। অতাবা য়াওরম্মদি করি খল্লিদনো খঙদে। অঙম্বগী য়াথংনি ইন্দবা য়াদে। চাওইদা হে অচৌবা। অকিবা লৈতে। তৌনিংবদা তৌবদা কনানা করি তৌজরনি। রায়েন চৈরাক, শুপ্পতগী অতোন অতা চপ্পখাইনবা কোল্লুনি। অঙম্বগীনা চৈঙাক।

থেংঙে হল্লকপদা। যুমগী থোঙ্গাল হায়জিল্লকপগা স্কুটৰ মখোল তাবদা থৱোশংবীহ্ন মাঙ্গোন্দা থোক্লকুনা হায়ৱকই— "কবিগীনে। ঙসিদি যাম থেংঙকইনা ? পাওখুম পীবমদনা অত্তুম ইমুংদা চংঙে। ফিবোল হোংদোকলিঙৈদা থবোশংবীনা ইনাক্তা লেপ্লগা মখা তাবকই — 'চাক থিদোক্লুনা লৈবে চাথোকঅসি। ঐস্তু কুম্মো ঙাক্তাক্তা যে ঙগে '

কুম্মোদি কদাইদা ?"

"অৱংগী হনাওখোযদা ভিঃ দিঃ ওঃ কাপকনেইযে। অঙাংখৈ চাক চাবগা লোইনা চেনগ্রবনি।"

চাকশদা চাক চামিল্লবিঙৈ থবোশংবীনা হোৎদেল্লকই যেংখোম চাওবহ্ন কাব লৈখ্রেনা। মচাশিং পুবগা মতৈ মনাও কোইবকঅস্নি থবক চংবা পংকুই কুইখিঙ্গ্রিবনি, মীংচ দি কমদোরিনে থঙদে থৌওইনা তাকদে। তানিংবস্তু পোক্তে। চথোন মচা অম উমশাইনৱগা হায়দোকখি—

"থবকসি তোকতাবমাল্লে।"

"কৈদোৌবৈ তোকতৌবিবা ? ফম কানবত্তুম হোৎনসি মীংমতু মচাদি কযা নুংঙাইরিবা ? ঐথোয়গীদি ..

"নুংঙাইগদবা মফমদা নংস্তু যুম হোংগ্রগেবা ?"

"নত্তেযে. পৈশা থবা চংঙগা যাদৌ লৈরদি ঐগী সনাগাকসি কাইথোকশু ইদন' ইখুং লাম্লাক্লগ মীংখং লাম্লোকপনি। হৌজিক মতমদা পৈশা থিংঙগা যাদবা লৈত্ত্রো।" পাওখুম পীখিদে। হৌগৎলগা চিন তেংবা অত্তুম থোকএ।

চাক তোকঅগা থবর ওঠাক পাবা ঐগী হৈনবীনি। হাৎনবা, চৈনবা, লৈবাক অমগা অমগা উখৎনবগী ঈ-পাও মরক্তদা তেল্লক্কা লৈইমা কোইশিনবা পাও অমা য়াওরম্মি—"মন্ত্রি অমা মীয়ামগী শেল লান্না শিজিন্নবগীদমক চহি মঙা থবক তৌবা মীয়াৎ তাখ্রে। মতিক চাদনা লেপশিন্নবা মাগী মরল মথুম পুন্নমকম্ম সরকাবনা মৎখ্রে।" ঐহাক তুংঙাইমনখিবনা কল্লক পেনবগী ইনোৎতু থিংবা ওমশৌদনা ত্রেবলদা থৎতুম্না থাখি। অদুবু মখা তানা য়েংশিল্লুবদা পাওত্র ইরৈবাক্কী ওইরমজে । চাওখৎপদা উতোন য়ৌথ্রবা মীবৈবাক্কী য়ারী ওইরবদুদা ইথত্তা শোত্থাংননা হুইথখি—"হুবানবনা চাওবা লমসিংগী, রা ওইরম্বা তৌনদেনে।"

থবোশংবীতু চাকথুমগী থবক লোইশিন্নকমাল্লে হুমং হন্দোকপা ওইনা তেবল মনাক্তা লৈবা মোরা অমদা ফম্মে। হৌদোল্লকই—"মোই বাবানা অতুক খোইদৌ শাওগৎনা লাকইবু ওসি ওফিসতা কৈদৌনবকঅগে ?"

"কৈদৌবগী রা নত্তেনে, ঐনা থবক তৌরিসি ফনা কুইরেদনা, অদুবু অচুম অমত্তা উবা ওমজিনে। ইমিৎসিনা অরানবা চবুন চদুন উনা উনা থওনা থওনা ফোংদোকচবা ওমক্লবনি। ইশানা ইশাগী মপু ওইবা ওমচত্রবা।"

"অদুম মাই খাম্বানা থবক ফোকঅগা চুমথোক্পা ওমদোবিত্রা ?

"চুমথোকপা ঙমক্রবসু কল্লক পেন্নদি চৈগনিদন , লাঙগনিদনা '

"মাতুদি ইশানা ইশাগী য়েরুবা মশাং হেনগৎহনজবগী র নি কান্নদেসে, তোকপগাক য়াপোৎ নত্তে । অদো খবর পাঠৌখিত্র ; ঐস্লু সিনেমা কাপ্পিসি অচুক্তা য়েংঙু খিগে ।" থুমদে ।

"য়াবেকো ? ঐ চৎলে ।"

"চৎখ্রো । চৎখ্রো । লোইনা চৎখ্রো ।"

অতুবু নোংমদি—ওফিস কাখিবদনি, তেবলদা চে অমা লৈরম্মি ঐহাক ত্রালফর তৌবে । কনামক্তনা পান্নদবা মফমদনি মফমতুগীদি কবিশু খন্দে । ত্রালফব তৌবগী মবমতুনি ঐনা য়াম্না নুংঙাইত্রিবসি ।

নুমিৎতুগী থৌদোক্তুনি – কুম্ভকর্ণগুম্না তুম্মুবতু চহি লোই-শিন্নকপদদি থবক চিনখৎলকই । ওফিস ছুটি ওইপ্রবা মতুংদত্ত নুমিদাংরাইগী কৈথেল ওমখৎলকপগুম ময়াম হাংজিন্নবকই ' জীপ, কার, স্কুটর, বুল্লেৎ ....। পৈশাগী কৈথেলনি – পীবা, লৌবা । য়োমশিল্লিবা ময়ামতু ঐনা লাওখি—"লৈবাক মচাশা, হাকমন-খ্রেকো ।" মনা ওইনা ত্তাদে । পোৎ ফংবা ফংদবা থবক লোইবা লোইদবা পৈশা কাইথোকপা নংহৌনবা বীল শাবীবো তরুবনি । নুমিদাংগী পুং তরেৎ তার'ফাওবা লোইশিনবদি লাইরতুনা মী থোমজিনবা অস্তুম হেনগৎলকই । :খাইদৌ শাওগৎমনখিবনা ঐ পোৎ-চৈ লেইশিল্লগা চৎনবা থৌর।' তৌবতু উবদা খরনা থাম্মকই - "ঙাহাক্তা ঙাইবীখে। সপ্লাইগী পোৎস্লু য়োবকঅনি "

"ভম্মরোই। কল্পনা শুক থেংঙবু"

"অদু বিলসি খর লোইশিনবীরম্ম।"

"পোৎতি ফংদমা করম্না বীল লোইশিনবা য়ানি।"

তমলুপমাল্লে, চীফ ওফিসাবনা ঐবু কৌশিল্লকই। হায়রকই—"হেদ ক্লাক অসিদি খর থেংফাওবা শুখিসিনে।"

"সাহেব ঐ য়াম্না রারে খরা হানজরম্মগে।"

"এ. পৈশা ময়ামসিদি ইশি শিজিন্নহৌদনা হনখিবা তারব্রো"

"মরম চাদনা হাথু হাথু লোইশিন্নবা হোৎনদৈ শরুকপুদি হনখিদনা ফৈদা সাহেব।"

"হেদক্লার্ক ঙাংনবসি ওস্তোক্না ন্নংঙাইখিজ্রে।"

ময়ামস্ম লৈনরিসিঙাই। খর শুখিসি।"

"রারৌবিরমু সাহেব। য়াম্না র বে। ঐ খবা হানজরম্মগে।"

মখা তারক্তে। মন্নিংতু হত্নুনা য়েংলগা লৈহৌই। এস্ম অতুম লাকএ। নোংঙানবগী ওফিস কাথিবদনি ঐগী ত্রান্সফরগী চে লৈবম্মিবদু।

মনী লৈনবা মন্ত্রিদা অমুক্তং রাকৎলুগে অচুম্বদুস্ম ফোংদোকলমগে. রারগনা ত্রান্সফরদু ককে হায়দুনা চৎলুই। মন্ত্রিগী বঙ্গলো ওফিসতা মী খরস্ম লৈরম্মি।

ময়াম চৎখ্রগা ঐগী রাফমদু হৌদোকউবদা য়াম্না চীং লেম্ন হায়বীরকই "মতম খর চৎতুনা য়েংঙু খো। নখোয়গী চিফ ওফিসার নদি হায়বা ইন্দ্রবগী চৈরাক পীননবা ইনখৎলকপনি।"

হকচাংগী শরু শয়াং পুম্নমক তিকথনা ঐ য়ুমদা ভস্তানা হল্লকখি। ড্রোইং রুমগী সোফাদ' ফমত্তুনা ফনা কুইনা উংখি। খনবা য়াবা খল্লবা তুংদা অ:রোইবা ওয়না ইথক্তা য়ারেপ লৌজখি- ঐ থবক তোল্লগে। ঐগী অযৌবা রাখলতু উবদা মুমিৎতুদি থরোশংবিদু য়েৎত্রে। ঐগী ইনাক্তা ফমথবগা ইংনা হায়দকই- 'ফরেনে, থবকপু অক্তুক মুংঙাইহনা .তৌদো শরুকপুদি তোকপনে' অদো তোকঅগা করিনো তৌগদবা অমত্তদি খন্নসেইবা।" হল্লকপদা ফিরোলগাক হোংদোক্লনা হুপতেক নাতেক ফমজিনখিব খুবিৎকী কোলারতু শেমজিন শেমজিনত্তুনা মখ শমথরকই -

"মোই বাবানা হেন্ন খঙতিত্তুঙাই পৈশা য়াওদনা কৈশু য়াত্রবা মতম্নি। তোলোব শুন ফংতিহৈসিফাওব কোক্রদ্রবদা থবক তোকঅগা তৌগদবত্তু করিনো?"

"তোলোব চাদবা মীস্মু পৈশা পাইবা য়াম্ন .লনা লল্লোনব', থকা তৌবা।"

"নৈ, য়াম্না নে? অদো মখোয়না তৌবগুম্না মোই বাবাস্মু তৌবা ভমগত্রা হায়বসিনি খন্দৌরিদি।"

"মীনা ভম্মগা ঐদি করীগী ভ:দনি।
মীগী মথাদা থবক তৌবসিদবু হৈনদবগী য়ানি।"
হুরানবশিংত্তুনা অচুম্বা শারগা মীকোক থোংনা হিংলিবতু মীৎনাবগী য়ানি।

"লল্লোনবা থিকা তৌবদদি হায়জবা চংঙমমোইত্রা? মখোয়দি অচুম্বা চাক্তা তৌরমগত্রা?"

ঐহাক খুম্ফম খঙগিদে। হায়বগ থম্মখি। মানা মখা তানা হায়রকই - ফবফত্রম্মু থবক মচা অমা তৌরিবনিনা মীনা খঙ্জিক্তা ওইরবম্মু ইকাই খুম্নবিদে ৈপশাম্মু থোক্তা থবকম্মু তোক তৌববদি তাইবুঙো হ য়বম্মনা নং-মা শিজিন্নরক্কদৌবিবনি।

"নংনা হায়বিসিদি থবক তোকপ্পু সিনিনে ?"

"নত্তেয়ে। তোকঅগা তৌগদবত্তু খন্নসি হায়বনি।" নোকনি নোকাম খুম্মকই খবোশংবাত্তু। মখাম্মু শমথরকই— "ফিবোল হোংদোক্লবা তৌবিরো। ঐম্মু লাই থাংমৈ থাম্নবা তৌরুখিগে।"

য়াচংবা মতম য়ৌশিল্লকএ। কোইন চাকতারুবা উচেক মচাশিংনা হনজিল্লক্লুনা রাপল উপল মবক্তা চেক চেক খোঙলি। ঐদি ফম্মি। রাপলদা উংঙি। থবক তোকপা। পৈশা তানবা অডাং শেম্মা। অমত্তা শম্নবা য়াদে। মানি। কুমিৎ অসিদগীনি ঐনা লাইরিক ইবা তৌখিবা। শুপ্নতগী নিংবা থুংদবা, পেন্দবনা ফুনগৎলবা ঐগী রাখলত্তু ইথৈ পীননবা।

# লমন খুম্বা

মাগ্নি মফমসিমক্তদনি ঐগী নুংশিবিবু মনা শবাক তমখি।
হিদেন তাফমগী তোর্বানগী লৈঙোয়দা তারিবা খোঙ্গুলসিমক মহাক্কীনি। আহ! চান্নবী কাইনবগী ন্নাখলদা থাঙবা ঙমশিল্লক্রে হিদেন তাফমসিমক্তদানি মাগা ঐগা চরোং মরা. শংব্রৈ মনা মচন ঙরবা চেংহী শম্বান লাংমিন্নখিবা। হিদেনসিমক্তদনি নুমিদাংন্নাইরম খুদিংগী মানা ঈশিং শোকখিবা।

ঙসিগা থানা নুমিং নিনি হৌখ্রেদা এনা চাবক্কিবা, খ্রক, খ্রক কংলবা খোনাওদা ঈশিং মরিক অমত্তা তাদ্রি। অতুবু বাদে চান্নবী। নংগী খোঙ্গুল লীবদা অমুক হলঞ্জরোই পুক্নি অসিনা মুংঞ্জবস্থু হনবতদি হনখ্ররোই কল্লক পেন্না খুমখিগনি "লমন" থাংজ তরেংনা তিল্লবা তবাক অসিনা মকোক অতু ফাওরেং লেংগনি। মমিদা শম তংলবা থোরবা থাংশাং অসি খুৎপাহ চেংনা পাইবগা মতুপ মতুপ কক্তুনা লমন খুম্বা মহুনি ঐগী লাইনিং। মহুনি ঐগী ন্নাশক। থোক্লিবা নুমিৎ, থা, থন্নানমীচাক; তৌরিবা উপাল ন্নাপাল, থন্নাই পানবা পুন্নমক তাহৌবো, খঙহৌরো ঐগী ন্নাশক "লমন খুম্বা।" লুমহুনা ভাইখিগনি উমং অসিদা মহাকপু থেংনদ্রিফাওবা।

থাংবদা ন্নারবা ঐগী থম্মোয়গী মৈচাক্ত অমুম্না তেংথ তুনা লেনখি তোবানগী উমংচুদা। ঞ্জিরিগী শারবা নুংশানা কাথেক্রবা হকচাংসি উপাল অমগী মরক্মদা লোৎলগা চাথোকলবগুম য়েংলি ঞ্জিরি তুরেলগী খে ংমুংচুদা। লৈরাই তম্না মরী মরী চেনশিল্লকইবা ইপোনচুগা লোইননা ঞ্জিংশিংলকখি হুমিংমক্লা উথ্রবা লমন থুম্বগী মৌপোক কয়া।

ঐগী মরুপ্তুনা মখোও পাইচুনা ফাওবা হায়জখিবনি— "থবক্তগী লৌথোকপসিদা তোবীগনু। ময়াইথুং ফত্রবী শোল্লনী ইমাচু ঐগী আশাদা হিংজরিবনি।"

ওফিসারচুনা হায়রকপা নংত্রিভৈদা মাগী মুপী সনাচুনা লাকদোবগুম থুম্মকখি—"নংমু অচুদি থওভিনে। নমাচুদি অহললিনা শিরবমু থোইদোক্রবনি। এগী ইচানা ভরাং স্কুলদগী মখোঙনা লাকপদা সাইকলমা থেংজিনবদগী শোকইবসি হরাগারি ওইরম্মদি করি থোকলগেইবা। বিষ্ণু, বিষ্ণু, করিগুম্বা কত্ত মুংদ থোকঅম্মদবু ঐনা মংবু লেম্না থাগদ্রো? নফম লৌথোকপদহায়ে—।" ফি, ফি কাম্না শাওই।

"হৈতেমসি ঐনা থোশাদবা নত্তে। ইবুংঙো লৌবা চৎচবনি। লম্বীদা ইমাচু কৈনো অমা তোখ্রে হায়রবা পাও তাবদগী দাক্তর কৌচুনা লাক্রবদা নংহৌদবনি।"

"ওফিসকী গারীচু মংঙা নম্নাগী দাক্তর কৌবদ, শিল্লিজ লৈরমনিবে?"

ফনা যাম্না হায়জন্তনসু কান্নখিদে। হি'চ য়াইফুম্বগুম্ন' মিতুংশি মচেং অমত্তা লৈখিদে। থবক্তগী, পুংশো লোৎথোকখি। মহুৎতা পৈশা যান্না তিংথোকপ ভস্ম অমা থুনা কাপখি। মমা মচাশা তরক হিংজবা ঐগী মকপু উপাই অমতু লৈখিদে। চংজরকবা, হায়জকবা থুমিংমক আরেম্বা তাখি। পুন্নমক শেন পাটবা, ফম চাওনা ওইবা মীগী মচং ধাক্তা ওৎখি। অচুম্বপু অরানবসু নমল পীরগা অতুম লৈখি।

মমাগী রাখল সুংঙ্ক ইখিবোই খনবগী থবক তোকপগী পাওতু থক তাকথোকখিদে তচুব বযা কুইনা লোৎতুনা ওস্না থাগনি। অশেংবতু থঙলকখি। মতুমক্তা নবম ওইতুনা অশোনবা নমাগী পুন্সি লোইশিনখি। মালেমসিদা নাইতোম তাহৈবুবা মকপু হিংবা শিবগী খেন্নবা খওনিদ্রে। তানজা ফংবদা কল্লক পে। শমন গুমখি মকোক্তা মশাগা তোঙান তোঙান কতুনা থাদখি।

তানজা অতুনি নৈনা ঙাইনিবা। ঐগী চ মবীনা পিনা থাম্মনা নশিংতু লৈমাইবোমদা লুকথবগা হাযখি। অমুক অনিবক্তা নংও, কযাবক হন্না হাযখিবনি—"দাদা চংনবীগী পশ অতু নমথেকভাগা চ শিন্নুবদা থেনগদবা খুদোং থিবশিংতু শাহবা ভস্বীগদ্রা ?" অতুবু লাপথোকপগী মহুৎতা হেন্না হেন্না নকশিন্নখি। তংনা থানবা যাদ্রবা মা ঐতগী ওইবা সংসাব অমা শেমখি।

মীওইবা শাংলুপকী ওইনা খনবা ঙমদ্রবা জাং বিজাংকী চংশাবোলনা চুববা সমাজসিদগী থৈদোকুবা যোংনবদা চাংনুং মান্নং কয়াদা লে'ল্লুবে। অরাবা খাংনিম্নকরে। কাইমথংদা

খুনগী মতাই ওইবপ্না জিবি তুবেল খোংবানগী লমহাম্লদ খং-পোকশং মচা অমন ইম-ইপা শঙ্কা কোনশিনবিথিবনি। রাখঅমা লুম্লবা বোক ভাসি উবাদা ডাথবগা খাংপোকশংগী ভরকঅবা পুন্সিহুদু হম্না হন্না নিংশিংখি।

চংনবীগী শম্বনন। থাপ্লবা চিদাই অনদা থৈদোক্লুনা থম্বীশ্লবম্ম পুক্লিংগী, হকচাংগী নিত্তম্বগা লে ইননা মকা লাম্না হিংমিল্লখি মা-ঐ খাংপে কশংশিদা ওলংনগা, থাবল মডানগী খোইঁরাংবগা ওখাক থেংনা তুমখিদে অহিংতু। নোয পেল্লবা নাশিক পাম্বী অমগী মখোড়দা ফম্মিল্লবগা নোংথক্তা থোকপা পাতু থল্লাই তানা য়েংখি, যেংমিল্লখি। উশাদা যল্লম্বা শেকপী খবম্ম মশা খপ্না পপ্না পাইখিবতু ফনা তাম্না উবি। অচিকপতু থুগাইহুনা মানা হৌদোক্লকখি —

‘বমজান থাগী অহিংতু নিংশিংলিব্রা ?”

‘নিংশিনি পোংড়াল্লমদাইদা নখোয়গী মনিংগী পুক্লি মপান্দা উন্নথিবদো ?”

‘উম, এনা চাক থোংনবা ইরুজরিবৈত্তেদা নংনা লাকখিব্রদু। নোংড়াল্লমদাইগী চিক্না থোল্লকপা থাবলগী মডালদু হুংশিব্রা ?”

অপান্না লেচিল মপৈ অমদা ফাওজিল্লকইবা থাদু ডাঙ্গাক যেংডুরগা মখা অমুক্ত তারকই —

“তৌজিক্তি বমজানম্ম তৌরবোই।”

“নিংড়মলক্ত্রব্রা ?”

"হুম, অতুগী নত্তে। ময়জানগী মহুৎতা কুক্ত জর্ম্ম থৌরানি জর্ম্মনা মহুৎ শিন্নরিদনা।" অথুম্বা হৌখিবা কয়া নিংশিংহুনা কল্লিখ্রিইঙদা খুনগী পাখংশিংনা খোংলম্ব তৌত্রি মশোল তাখিত্রে লিরি লিরি শিৎপা মুংশিংনা যৈবদা খ্যাই-খ্যাই লাওবা ন শিক মনাগী মখোন্দুদা অহিং য়াইরেকপা উচেকশিংনা খোংবদি ময়ক মবক্তা তাই।

জিরি ভুরেলগী ইমায়হু ইপোম চাওনা কারকপা উবদা ইনাক্তা লৈরিবা তাবাক্তা, থাংশাংগা খুহুম চেৎনা পাইরগা নাশোন পিক্লা থুগ্লুনা য়েংভি। "মাম্নি। ইপোমসি সোইদ্রে। খওগনি ওসিদি।"

তপ্না তপ্না নকশিল্লকই লৈরাই তম্না ইপোমহু। ইমাইদগী নাশোন পিক্লা কখৎলকই। মহাও কাওবা ঙমত্রবা মীগী শদোং চাগদবগী হুমহুনা লৈবিবহু তানজা য়েংওগা ঐনা চোংশিন্দুনা তাবাক্লা মকোক্তা ফাওবেং। "কমদৌই" চৈনাখোম্না ফ্রিং ফ্রিং চোংহুনা খাংভিবা নশাসি থৌরবা থাংশাংশিনা শিংকুপ শানা যানথুৎলেদো। য়েংঙু, চান্নবী ওসিদি নংগী লমন কল্লক পেম্না থুমলবনি ঐনা। মথিবোং মবিনবোং লোয়না হোগায়ববনি। উম, মাগী চাকথাওদা য়াওবম্মিবসি ঐগী মুংশিবীগী থুদোপনি। মাম্নি। অহানবা মুংশি খুদোল ওইনা তম্নখিবা মাগী ওইথংবা খুৎনিংথৌদা ইশামক্তা শিবিখিবা তক্ষা হৎপা খুদোপুম্নি।

ওহ! মসিনা মাগী অতৎপা মখুৎ। ঐনা স্বর থরেৎ থবেৎ হোন্দুনা চোকথনা হিপলিঙৈদা মাগী পুম্নুম্নববা মখুৎ অসিন

ঐগী লাইবক্তগী হুমাং মরিক মরিকশিং অহু তপ্না তপ্না তৈথোকপী-খিবনি। আহ ! লমনদি থুমলে। অতুবু নহাক্না শিজিন্নরম্বা খুজি, খোংজি, নহাক্কী হকচাংগী শরুকশিং অঁসি উকরগা হেন্না মৈচাক হাপকৎলক্নে চান্নবী। খাংবদা ব্রাবে। লমন থুমলগা পেল্লনি খল্লম্বদু হেন্না হেন্না নিংঙমলক্রে ঐগী থম্মোয়সি। "অসিবা লমন থুম্বগী মুংঙাইবা হায়বদো" নহাকপু অমুক হন্না ঊবা ফংঙবোইদবা নৈরবদি লমন থুম্বগী অর্থ কবিনো? ঐস্ল ল'ব্রগনি, ঙাইরমখে চান্নবী।

নৈজবী থাদুনা লাওখিবদুদা থুনগী মীয়ান্না "অসিদা নৈবে" হ যদুন। ইবা' লাংনরবকপদুদা ঐহাক মিৎকপ খংথোক থোকখি' ইশা পুম্বা হুমাংনা পুংচোৎ চোৎলম্লে। ময়ান্না ঐবু থেমজিনবা ব্রাহৈগা লোয়ননা যুম তান্না পুবীবকখি। লমন থুম্বগী থৌদো'ক্তু নিংশিংলুরগা হেন্না মৈচাক হাপলকখি মিংঙমদনা শোনখি "লমন থুম্মগা পেনগনি খল্লিবদু অসিরা?" ✪

# শোরাং চৎলুবদা

হংবস্থ চৎহৌব্রে। ছাত্র ওইরিবৈদা লুনা তিন্নরকপনি। শোরাংতদি ওস্তানা চৎকে খল্লম্বনি। হেক্তা থেংদোকখি। ফিরেল শেংপা লোইরগা হকচাং চনবা শকয়েং মিংশেন্দুদা তুংমাং ওন্না-ওন্না য়েংঙি। শমজেংনা হাংলদুমক্তদা চুবাগী শমশিংহু খুংনা অমুক নাল্লি। হায়ফেং হল্দোক্তুনা য়েংঙগা শমজেংনা অমুক খোপচিন্দুনা হাংলি। ঐগী ইতৌহু উবমান্নে; তুং ওইবপ্না ফিনাং চৈথোক্লিবী ফজতোনহু নোকফেং তৌনা হায়রকই —

"শোরাং চৎপবু ওম্থোক্লা কেখ্রেনে। হায়ন। শিংনখিবা মীগাক লৈরমগদবা মানশিল্লকএকো।"

"অগৌ অশাং ওাক্তনি লাকঅমগদৌরিদে।"

"অচৌ অশাংশিংহুনা অদোম খওবীবমগজ্রনে?"

"ঐনা কেরিসে ঐগী নত্তেযে। যুম্বুহুগীনি। যুম্বহুগী মাং চোপ্তনবা।"

"পোংযেংবু কযা পীরমদৌবিনো?" বেক নচাহুদগী পৈশা লৌথোক লৌথোক্লা হংঙি।

"মীদি চামনা অতোনবা ওইনা পীনরমগনি। লুপা য়াম্খোদি পীতামাল্লে। তাঙ্গা য়েঙগা কমুক্তংগাক থাবা চংপদ্রা।"

"পৈশাদি সিনা লোইবে। করি লাইনো সোল্লু হায়বস্থ সোনগে।"

"লাই শোনগে হায়রদি ঐনা পামজবতু শোনবা তাবা।"

"তৌখৎলকজদৌনি মাই হৌনবী।"

ফজতোনগী মখুৎতগী স্কুটর শোতু লৌবগা অতুম চৎলে। কোম্হোং লোনশিন লোনশিন্না ফজতোম্না হায়হৌই—"হোরেন তন পুরকউকো।"

ঐনা শোরাং মকম য়োবদদি হৌখিবা ফনা কুইরক্মে। জীপ কারসিনবু অমুক্লোইবা পরেং ফনা শা'না লেংভি। ওফিসর্কী গাড়িস্মু ফনা য়াম্মী। ড্রাইভবস্মু ওফিসকী। থাঙদেবু খঙম্রে।

চংফম থোঙ্গান্দু অনি শুই। য়েংত অমা ওইদা অমা। চাওরবা য়োংকী থোঙ্গান ঙাক্তনি। ইংখোলগী অকোইবতুনা লিক্রি মচেৎনা শো শানা যুংবা লেপ থুম্বা চেকপন। মীনা খোর লাই থুরুম্বগী মীয়ামতুঙাই। শোরাং শোনকম মান্দোপ্তুনা চাওখ্রিবা। মান্দোব ময়োন খরগা মাঙ্গোনগদনি ফক থারিবা, অতৈদি চৌক্রি ঙাহাক্তা। নোংপোকলোমগী মমাংথংবা পরেংতুমদি মক্রি, লৈবাকী অঙম অথৌশিংগী ওইবমাল্লে; গালিচা ফিদা মথক্তা অচৌ অচৌবা সোফা ঙাহাক্তা থাই। অঙাং ওইরিঙৈদা ইথেনবোক্লা লিখিরম্বা লৈম-শিজ ফমফম মুন্নবগী মতমতু কাবক নিংশিংঙুই।

ঙাহাক ঙকচাননা লেপ্লীঙৈদা লমজিংবা অমনা ঐবু ফম-ফমলোমদা চংনবা ইঙ্গিৎ তৌরম্মী। ফমথবগা নুপা অনী চংঙক্তুনা লৈ চন্দোনগা কাগা তৌরৈ। মথুম মকৈবু ওম্হোক্লা

ফজনা শেমগৎলম্মে। ঐখোয়না য়ুম অমা ফাওবা শাবা ভমগ্রিউৈদা। মাগীদি মমাং শঙ্গোয়, মখা শঙ্গোয়, অরাং শঙ্গোয়, গাড়ী থমফম চেক্কী চেক ভাক্তা। মহুম্ মথোল মথোল। ওখাক থুনা চাওখৎলি। কুইখিদ্রি, মাগী থবক অহানবা চংবগী চাকৌবছ ঐম্ম চংলুই। মহুদদি ইনা কুপ্পা য়ুমজাও অমত্তনি এনা উখিবা। পৈরি পৈবি তৌবা ইগী ফৌতশং ওই, শিঙ্গে এই, তৌবা অমদি লৈহৌত্রা?

ইশৈ শকপ, চুহার, পুংযৈবা মমিং লৈবা ভাকনি ইশৈ হনবচু, কার্তন অনিমক মগুং লইন পাইশিল্লগা শেক তাম শাংন খিববা তুংদা শনজ তানকুন হিকথবগ। অমুক্ত শক্লকপবু শেন থাসিবা শন্দুনা হাযবপ হৌগৎলুই মী যাম্না চংমনবহুদা অমুক ফমথৈ। থানবিবা মযামচু লুপা মঙ চংপী, তবা চংপী ভাক্তা। ঐহাক মায ভাশ ভাংই। ইথম্ভা মুকম মুরুম শোনখি ইমাইপেম্মা! মঙ তবা মরকসিদা ঐনা লুপা অনি থাকবদবু চোপ্তুনা শিরোইত্রাইবা!” কনা কুইনা লোইদে শেন থাবচু।

ইনাক থুনবা, অচৌ-অশা ইমুংদদি কপ্পসিন্থু লেম্বা রাংপগুম তৌনৈ। কপ লাওবগী মহুত্তা মরুপ মপাং অচৌ অশাং ভরান্না ওকপা, চাম চংপী চবুম চবুন খোমজিল্লকপা ইমুং মহুংগী মীশিংদুগী মথৌনি। ঐগী মরুপ যুমুহু ইনাক্তা চংলকুনা “কয়া কুইরে যেংবকপ” হাযচুনা চুকট মচৈ অমা লাংল্লে। মতা চাদবগ মরুম লৈতবগ কইনা বাদী শাংরদ অমাংনি ভাংনর।

ৱারৌ য়াদে, য়ামদি য়ামদ্রে হায়রুনা। ঐগী পোৎয়েংতু লা। মচেৎ অমদা হাপ্লগা পীশিনখি। ঐনা উহৌবদা পরেংদুদা পীনখিবদু চাঙ্মা চৎপী ঙাক্তা। চাঙ্মা চৎপী অনি অগুম পীবগু য়াওই। পৈশা সিবু উনা শিংনাদুণাইনে। মান্দোব ময়াইদমা মরোল অমা শেন থাবা চংনরিবা। দুহায়রু মথৌ'ত ৱাংনা ৱাংনা থাঙ্গৎলগা। চাওবৈ লৈদুনা চোংলোম অমুক্ত তৌরকপবু পৈশা মনম মনম থ জিল্লকই। লুপা মঙা থাবদা যামখ্রৈ খল্লিরৈঙদা তবা চৎপী ওহাক্তা অমুক থানরকএ। দুহ রগী চোংলোম হেক লোইখিবগা পুং যৈবদুনা তৌখৎলকইবদুগ্ন মহানি।' ফৈজা চোংবা, লোংজুন ঙনবা উক্ক-ক্ক লৈবা। মহৈ মহৈ মীৎ কুপ্লদে।' থামখিবা শেলদুদি মোংলৈ মুংশিংতা উনা ৱানা পাইশিল্লকপগুমতাই। ফিনা মবোল অমা থারিবা।

পৈশাদি থাদে, অহল অমা চংঙকজগা থুকম্মরিবদু। পুং যৈবা অনিদুদা থুকম্মগা হিক হিক কখি। মথক্লাই শোক্লা কপ্পা মাল্লী। ওহাক কপ পুরগা হৌগৎলকপদা উখি, অহন্দু ঐনা খঙবা ওইবদ্রে। ঐখোয় লৈকাইগী ইপন তোল্লমুনি। কদোম্বদগী কমদৌবশিনেৎ খল্লুখদা ঙক্লপ্পা থোকজরে। অদুবু খংনিং নিংশিং-লকখি—ইপন তোল্লমুগী ইচাকদুগা ঐগী মরুপসিংগী মমাগা শোকমিল্লবনি।

ইপন তোল্লমুগী পুং পামজবগী ৱারীদু হৌজিক ফাওবা লিনরি। মচা মমৌ লৈবরা মঙমদনি-মোংমা অয়ুক্তা মঙ্গুং অচৌবা চংঙ্গবগা থোক্লকপদা ফিবোল অমতা যাওদথে পুং চোংলোম তৌরগা

থোক্লকঅবনিদনা। মখুং, অনুন্না অহাংবা মনিঙ্গোংতুদ তান থারগা চোংলোম তৌদুনা লাকপহ্ন য়াহৌ ওনবী মশৌ নুপীতুনা তুমশিংবোং য়াই তৌনবা ঈশিং শোকপা চৎপদা থেংরুবদগী পাখৎতনা ইমুংদা চেরশিল্লগা মনেম্বোক্কা তম্মুরমাল্লে ইঙ্খানহু থোক্লকঅগা তপ্পপন —"করিনো তৌরিহ্রবু ? নেং ঙাল্লবনে।"

অহুগা তাপোং নত্তে ইপন্দুদি মকোক মরু হায়রদনা চোংলোম কম্না তৌরি। মচিন্দম্ব লোল্লি থর ঃতেন তা. থর থর তেনত গিনদ—গিন—ন—গিন. খিঙ্গে খিঙ্গে—খিন—খিন . . . .

—"হো ! নোংঙাল্লে। মী লোইনা হৌগৎনরবনি। না ওইনা তাদে ইপন তোল্লমু। মাগী রাখল্লনা পুং চোংলোম তৌববু মীনা উরগা কৈদৌরম্লেপে ? অসিনি। হেন্নহুন চেংখৎলকই। মচিনগা মথুংকা পারদনা—খিতেন খিতেন, তেন্ত্র-তেন, তেন-তেন, ধা-ধা ধা।

"নংবু ঙাওররাইমি ? পত্রাক পত্রাক অমুক্তা চত্থনা ঙেংঙোবা" খোনশিন্দা থমে রুপ্লপ লাওখৎলকই। ইপনহু য়েংথরুবদা ঙাব ঙারকঅমাল্লে কোইক-কোইক তৌরম্মগা মমুং অচৌবরোমদা অমুক্তং লাকথরগা চেনখিবু। উগৌরা কাংবু ক্র-ক্র ওন্নুনা নোকখি।

মথাইদি অহুক য়াওজরগা ইপন্দু মশক নাইবা পুংরৌবা অংদি ওইবা ইভম ওমখিদে। কলোনগী নুপী পালা পূদ্দি তোইনা য়ে। না-হুংপা নোগুন থাংবগীস্থ কাবক মচৎলি। অহুল্ল অমুক-থক্তি লুহোংবগী পুং রৌবা মকোক চৎলুবদা কুমৈ তাখ্রবলি। মীনা কৈ হায়রগা তুংদা বার্তন-তৌররুবা শি নাবা কিদথে য়েখি থমিং উইশিল্লগা লৈবও চোংবঙ তৌবতুদা মফি-মরোল মফম

খঙলক্রবনিদনা। মন্নুংগী অন্দরন্নায়ার অচাত্নমতং য়াওরমত্রবদি শন্নক শারদবনি। ময়ান্না ন্না ন্না লাওনরকপত্নদা মাগী পুংত্নদা মুংঙাইদনা তৌরিনেইনা হেন্না হেন্না য়ৈখৎলকখি। চোংগদবগী ফিভম শেমত্নুনা থোংখোং শানা লেপ্পগা মমিৎ ঊইশিন্দুনা মরু লুকথরগা য়ৈবি। তুং ইনবত্নু উপাই লৈজমান্নে পুং য়ৈবগা লেপ্পগা তনজা য়েংত্নুনা পুংগা কোন্ননা ঙপকোন কোন্নগা ফাজনখি। ইপন তেংল্লমুদো অরাংফমলোমদা চংখিবদগী অত্নুম থোক্লকখিল্লে। ইচম চম্না অনিংবা অমদা ঙাওজরগা হিংজবা ইপন তোল্লমুনি। ন্নাখলগী, পাঙ্গলগী ময়েং তারকঅবা মতনসিদদি মপুক্লিং নুংশিরক- অমান্নে - পামজবা শিনফমসি উক্লরগা মথম্মোয় শোক্লা কল্লি।

নোংমৈ পায়বা সিফাইনা য়েংমশিল্লগা চংঙকইবা নুপাত্নু ফনা চাওবা মী ওইরমান্নে, লৈরম্বা ময়ামত্নু ফুক ফুক হৌগৎলগা সলাম তৌবও, ননষ্টে তৌবা, খুং শোক্লবও পুমলাং লাংঙি। ইশৈ শকপ; পুং য়ৈবশিংত্নুন্নু কা লাল্লগা থুরম্মি। মুংঙাই য়াইফবা অচৌ অশাংশিংত্নু উক্লরগা কদোনদগীনো চিংঙৈনা ঐগী পুন্সি কোর্বেক হাংদোকউরি। মীগী মান্দোব মচিত্নদা ঐগী লৈত লাইরগী হিসাবত্নু কন্না পাখৎলুই। চহি অনিগী মমাংদা অনাবা অমা য়াওবদগী পুৎথখিবা শেনফমত্নদা শীংগৎনবা ফনা কন্না হোৎনবনি। ইওম ঙমদে। তারিক কুনগা য়োথ্রবদি ৭,৫ তৎলে। চৎত য়াদবা, থোদোক্না লাকঅদি পোৎয়েংগীদমক্তা খা-ন্নাং কোইচেন চৈন্নে। মীগীনা করম্না কোন্নবা? ইমান ইমান্নবনা কদাই কমদোনা মুংঙাইখৎলকইবা? ঐনা শেন শীজিন্নবা

হৈত্রবাইতুরা ? খনকম থোক্তে। তাইনকম খঙদনা ইশাক ইশাবু রারোইজে—পৈশা নত্রদি য়াত্রবা, পৈশান্না হিংখগী মঙ্গল লেপ্লরবা, শেন্না পুন্সিবু মস্তিক্রুবা য়ারব মকমসিদা, মতমসিদা ঐহাক্না তাইবংমী ওইনা হিংলম্মিবসিবু করিসীমো ? মনম মুংশিবগা লোইননা অইংবা মুংশিংকুম্বা অমা ফাওরকপতুদ: ঐগী রাখল খংলেপ লেপখি। মতৌদু মী শঙখিরম্মদ্রা হায়দুনা ক্লোইরু, কোইরু য়েংঙ্ বদা নহা অনিখক্লা স্প্রোয়ারন্থ কোইচৎ চৎতুনা কাপল্লম্মী।

য়ুম য়ৌরগা স্কুটরদগী তল য়োমদু লৌথোক লোথোক্লা ফজতোন্না হায়রকই —

—য়াম ফজনা তৌইনা। সোরাং চাওরমগনী।

—ইনাক খুনবগী থবক্তী কুম্মৈনীদনা, কুম্মৈ। হীংজে কুম্মৈ, শীরে কুম্মৈ। ✪

# লাল্লিবসিবু কনানো।

চহি অমম্বোমগী মমাংদা খাণ্ডলেনফমদা লৈরিবা অশিবত্থ কৌরগা য়াম্না কপখি। মনজুনগা কিজোম শেংপী হুমুবী অমগা ওগৎ তগৎ তেকলিবী মৌ নহা অমগদি খাম্বা য়াদবমখৈ কপখি। মচাত্থখক্তগী আশাদা হিংজরিবী হমুবীত্থ থম্মোই শোক্লা তেংথাই —ইমাগী ইবুংঙো! ইচাবু ইমাংমক্তদগী পুথোকপিগ্রগা হাৎতোক-পীরম্বদা ইমানা ইচাগী মাং থানা শিবা ওমহৌদবত্থ ইমাগী থম্মোইনা খাওবা ওমম্রে" মৌ নহাত্থদি পিক্লিবা অভাং অনি পুশিল্লগা অশিবত্থগী মথোক্ত কোম্পুনা য়াম্না কপখি, —"নহাক চৎগ্রগা পীক্লিবা নচা অনিসিবু কনাদা শিনবীরক্তগে? পাজম শোনবী ঐম্না ইথক্তনা করম্না মথোয়বু হিংনবা য়োকদৌরিবনো? পেম্রো, হিংচাবা, মীহাৎপ-শা, মথোয় পেম্রো।" লৈম্বিবা মী খুদিংমক মমীৎতগী মপী তানখি।

শেগাইরবা কৈজোম অমনবা অমমা কোকশিল্লগা খাণ্ডলেনফমদা থল্লিবা অশিবত্থ তোর্বানগী লৈত্তোই মম্লক্তা তাঙ্গোই ওইনা তুমখিবগা লোয়ননা মাগী পুক্সি মারীত্থ লোইশিনখি; মাগী ইমুং মঙ্গুংগী মীশিংনা থম্মোয় কাইনা তেংথাজবা নত্তনা শিম্বিবত্থগী লিথুম থিনবা কনামত্তনা পাম্মোম তিংবীখিদে।

অশিবত্থস্থ পেম্লম্মোই। মামা পেম্লম্মোয়। খাণ্ডলেনফমগী মনিংদা তুম্লক্তা পৈরি পৈরি জেলচরিবা য়ুম মচাত্থ ঊবদা মথম্মোয়

কোয়া ফংলকপা পৈশানিনা চাদিং তৌথোকপগী ক্ষাংলেংদে। মীপুম থুদিং, মাগী খুত্থম মথাদা থম্বা ভম্মী। নহা অহল পুম্নমক্কা মাবু লুনা চান্না তৌই। ইকাই থুম্নে। করম্বা অরাইবা শেন্দান্না অমুক নুংঙাইত্রিবনো হায়বদি থক থম্থনক্লদে। থিগৎ-পীক্লনবা লৈতে। ওফিসার বাবুসিগা হেক থংননা ইনা কুপ্পা য়ুম মচাহুদ লৈরিবশিং অতুগী মরমদনি ময়াম্না কম্না থিগৎ-পীরিবা, য়েংশিনবীরিবা। মুগুক মুগুক ভাংনৈ "মাগী মুপা শিখিবত্থবু চহি ওন্দ্রিনে। মরমচৎ অসিনমি।

অহল ওইরবী মনেবোক্তুনা করি থোক্লগদগে মীপাইজবনা মুংশা থীনা হায়জবদু মালানা ইরাই লাইনা খুমদোকই—

"হিংবা শিবগী খেন্নবা লৈত্রবা ঐখোয়না কনাবু কিরুদোরিনো ইমা "

থৌ-রা শাদে। চৎলমদাইগী মকে শেম্মি। মশমক্তু মথুৎ অনি চংনা শেন্নগা শম্ফাবী ফানা ফানা — "মোমো, ইচনচাগা। খংনরমগন্নুকো বোবোক। লৈরম্মু। অচাপোৎ য়াম্না লৈবীরক্লনি।" মনেমবোক্তদি তুম্মিন্না হায়মম্মি —"ওসি নুংদাং খেংলকপা য়াই। মহাজনগী মচাগী বার্থ-দে থোকই।"

মহাজনগী হোটেল মচি অমদা চুরুট, কা য়োন্নুনা হিংনিংদনা হিংনবা হোৎনরিবী মালাদু ওসিদি পুনসীবু কাগীগুম খনখ্রে। থেংনক্লবা থুদংমক ভাহাক পেলহন্নগা থুদোং চাব। লৌহৌনবা হোৎনবদু গুমাং লিলাদা উৎপা মুস্বানবগুম খন্দোকখি কিরাল চৈথোক থেৎপা কারগী ড্রাইভর অমা মুংথিল তান্নকা মালাগী পান

তুকান্নগী চুরুং মচৈ অমা চম্না চম্না ৱায়রকই—"নহাক্কী চেংখি ময়াল্দু শাইনবদা য়াম্না ৱানরেকো। কম্নাম বাংলিবগে? কাজপ্পা কা চপ্লিবী মালানা শম্না থুম্মি—"কয়েং।" ভুরাক লৈবগা কা চপ্প চপ্পা অমুক মথা তারকই—

"মাগীডুদি ঐকন্দৌরেগে?"

"কুইরেনা য়ুমদা কুমথিবা। লাক্লবকী মাপোত্তুদা কাটবদা লৈবা কিজে হায়দুনা মোঙ্খি নোংগানবগা য়ুমদা চংখ্রে।"

নোংমা মুমিদাংৱাইরম অমত্তু চোরফোন মচুগী জীপ থোৱরকপা লুপা অমগা কনা কুইনা চিকথনখি। চৎলমদাইদা মালংনা নোকমি নোকমি হায়রম্মি—

"কুইখিদ্রিদাইনে। নহা ঈনখৎলকপদগী হেল্লেকো।"

"ময়ুম কুইনা থাদোক্লকজবনিনা 'সি ড্রাইভক্লিনে।"

মমৈ মকোক খঙহন্দনা মালাগী মরমদ হংভবা কযাম্নু লাকখি। হোটেল মপু মহাজন্দু থোক্লকদবা থুদোং থিবতুগীদমক্তা মুংনাংবনা ময়ুমদা মালাবু কৌরগা হৌদোকলুবদা মালানা মাগী পুনসিগী ৱারী মতেক অমা থম্মোয় শোক্না ঙম্মখি—

ঐগী ইপুবোইবত্তু হোৎনবা য়াবা হোৎনখি। থিবা য়াবা থিখিবনি। লুপ্পতগী হিংনবগী পাঙ্গে অমগীদমক্তা। পৈশাতনা মীগী মগুন লেপ্পরবা মতম সিগী পৈশাদু শঙ্গনু ৱাৎলবা মেত্রীভুগী হেম্না মথা ভমথবা ঙমখিত্রবা মাবু কনানা মীনি হায়না শীংথাবীগনি। কংখিদে। শীরবা ৱাইশিং লমশেংগী থবক ফাওবা ফংবা ঙমখিদে। লিংশিল্লুবদা কপনিংই—

ছুমীশিংগী খ্বাইদগী নুংঙাইজবা নিংঙোল চাকোবা নুমিৎকী মযুক্কি। ঐনা ইকাই ইকাই খায়খি —

"মেম সাহেব থিনবা চৎপদা ঐহ্ন খরা য়াওহৌগেবা ?

"নুংঙাইরোইদা। ওফিসারগী নুপীনিনা কেনা লেম্না চৎপদুদা - ।"

ইকাই নুংশি য়াম্নবা মীনোক মচা অমগা ঐনা মখা ত্তাদনা তুমিন্না লৈখিবহু মথম্মোয়দা নিংঙমহৌদনাম্লে নুংথিলদা ঙন্সানা লৌবা লাকই।

"লোইশিল্লো চৎলসি।"

"হৈন্দা ! মেম সাহেব লৌরকত্রো ?"

"লৌরক্ত্রি। মেম সাহেবত্তি পুং মরি মখাইদা লাকউ হায়বকই। অঙাংশিংদি কদাইদা চংগ্রে ?"

"অরাংলোমদা শান্নখিয়ে। লোইশিল্লগে। মোরাসিদা ঙাহাক্কা ফমখোও।"

ঙাহাক্ক পুন্সিগী খ্বাইদগী নুংঙাইজবা মীৎকুপ ওইখি অঙাংশিংনা তুংদা ফমহল্লগা মাগা ঐগা যেংনওই ফমচুনা গাবিদা থোক্লকপদু য়ুমগী ইমানা কয়দা হরাওনা যেংজহৌবা। নুংঙাইখিবনা ঐখোয়খক্তগী সংসারগুম নমজাও থন্না চৎলিবা মীযামদু উখিদে।

মাংলোমদগী য়াঙনা পাইশিল্লকইবা গারিচুলগী থৈদোক্লবা ওইরোমদা খজিকং হায়দোক্লবদা চৎলম্বা রিকসা অমদা খজিকং থেংখিরবি। রিকসাগী মনিংগী চাকা অমা ফন্না শানা

কোর্ণমিনগ্রে। অতোংবানিংঙুদি শৌকখিদৌ মীয়াম ছপখিল্লকই। সরকারগী ওইবনে রাখোক চাওরবদ্রা পাঙখিবি। অতুবু থোইনা মথা তামখিগ্রে। অশোক অপন, অচুম অরান থিনবব। তুংদা সম্বা থরগী রায়েল ওইনা রিকসা শেমবা লুপা যাম্থে পীরগা লোইশিন্নখি। রিকসাচুদা তোংলকপা হনুবীচুগা মুপীমচাচুগদি ঐখোয়গী গাল্লিনা মমুম ময়োমা খিনবীবা তাখি।

খুদোং খিবদি হৌমচুনা লাকই হাৎনবগুম মথোয়গী মমুমগু লাপখিবনা য়োবদা মুমিং তাখোকখ্রে; মেম সাহেবনা শাওবমগনি কিখিবনা ঐখোয়গী মুমলোমদা চৎপদা মহুৎতা মেম সাহেবকী মপাম তাম্না কম' থৌখি। অঙ্গুবু মেম সাহেবতি অতোপ্পা গাবি অমদা চৎক্ত্র হায়ডুনা কৌরমক্ত। কদি থে মুপানগে খল্লুবদা মীপাইবনা নিংদোন কোংখি। অমাওবম, মৈ হোরবা মেম সাহেব ঐখোয়না হীরব খজিক্তা তাখিদনা শা-তাদা ওাংবগুম খোনা চৈরগা তাম্থোক্লকই। করেম্নবগী মীনোক্তা লোইননা মচেক্তা মৈরা রাওকমু খপ্নোমকা তাপোন্না খিনবদগী হেন্না নাখি। খোদোক অমুপা মরম ওইদুনা ঐগী মুপা খবজি লোথোকপীখিবনি। খিংদবদি মাংবমিনা হিনেম্বা হোংলমখি।

ঙমিদাং অঙ্গুগী থৌদোক্তু নিংশিংলুবগা তু-চু ঙি। মুংঙাই-খিদবা, নিংঙমহৌদবনা থম্মোয় অসি রামৈ চাকপগুম চাকখৎলকই। চাকখত্রবা মুংশাকা মুংখিজ চুপ্পা লবুক্তা মীগী খুৎনেক চৎলুবগী রাখিমনা খিদ পাংলিংগ্রকনি। অঙ্গুবু থেংলবা অহিং কাওবা মহাক হজ্জাবদগী মাজোনগী উদৌোকত্তেনা তাচুম। হক্কপা তাইখি।

থেংলে পুং তরাস্নোম তাশ্রে। ওটো রিকসোল্লু মক্ষম চানা খৌজিল্লম্মগা য়ুমগী চান-থক্লবা লৈরকপা পোৎয়োম মচা অমা প.ইরগা ইমুংলোমদা চংনা চংনা হায়রকই।

"পেস্কেনজর ফংনন্দদনা ঙাইবদা থেংখিবনি। থম্নদ ওইরবস্থ ফংনবা হোৎনজ্রবদি হয়েং চল্লা শিংকদবনিনা..... ..।"

"শেনজাও পাইবশিংগী গারি অচৌবা ময়াম হেনশিল্লকপশি-নস্থু ওটৈ। রিকসোনা তেক তেক তাঙবশিংদি কাম্নরয়োইদা।"

"তেক তৌবা য়াবমখৈ করিনো য়েংবা তারেদনা।"

"মশানা মশাবু থবক পীজনবগী শেন্থং চাওনা কাইথোকএ হায়বত্থু ঐখোয়স্থ থব লৌনবা তৌশিংদনা।"

"পীবগা লৌবগ থুংশিল্লবগী চৎনবীসিদবু পীনিংঙ ই লৈজ্জদবা ঐখোয়না কদাইদগী ফংগনি। ঈশিংত্থম য়াস অমত্তা পীস্থ খোবাংবনা লোইরবনি।"

"ঈশিং থর্কচিল্লদি চাবা য়াররোইয়ে। ঐ চাক খিক্করগে। ফি তোংদোকপীরো।"

থোঙদা কাক কাক খিল্লকই—

"কনানো?"

"ঐখোয়নি।"

"ঐখোয় হায়ববু কনানো? অহিং অথেংবসিদা কক্সিনো?"

"মখা ভাগস্থ। হাংদোক্রবদি থুদোং চারোই।"

হাংদোক্লবদা পাখঙ মচা মরি মঙানা নোংমৈ উৎলগা হংঙকই।

"ওসাই ওটা রিকসোদা পুথিবা পোৎতু কদাইদা লৈ ?"

"ঐগী নত্তে। তোংলকপা মীগীনি।"

"অসিগুম্বা থবকসি তৌদনবা হন্না হন্না হাযখ্রবা নত্রা ?"

"অচুম্বনি। অহুবু ঐহাক হিংবদি পাম্মি। ইতু ইচাশিংগু হিংহন্নিংঙি।"

"অসিগুম্বা থবক নত্রবদি অতৈ লৈত্রবা ?"

"লৈববদি ঐহাক যাম্না পাম্মি। গুপ্পতগী হিংনবগী শেন্থোক লম্বী অমা।"

"শীংনবা পাম্বগী রানিনে ?"

নোংমৈনা মকোক্তা নমলগা পুথোকখি। ঐনা কপুশা হাযজবদা কান্নখিদে। তুম্নম্বা ইনেম্বোক ইপা পাখৎনা হৌগৎলকই অঙাংশিংমু কপখৎলকই। মযাম্না মখোও কোন্দুনা হাযজরফাওদা মীমুংশি পোকখিদে। অসিমক্তংদি হায়রীরম্মি—

"করিমু তৌরোই। থোঙ্গানফাওদং রারী খরা শাম্নকগে তৌবনি।"

অহিংতু হন্নকখিদে। থিবিরুনবমু লৈখিদে। য়ুমলোন কৈবোন্নবমু তাশনা, তাশনা কিনবদগী মপান ফাওবা থোক্লকপা ওন্নদে, নোং ঙাল্লকপদা উখি— ইহং নাহিং শারবা অশিবা অমা লবুক্তা তাহুনা লৈবা। মথংগী পাও চেদা ফোংদোক্লকই

মহাকী হিংনবা লম্বীনা মীয়ামগী মাঙনবা ওইখি। হন্না হন্না হায়রফাওবদা যাবক্তবদগী তঙাই ফদনা শিবগী চৈবাক পীবা তাখি।

চুম্মি। মহাক মন্নালগী মতু'ঙইন্না শিবগী চৈন্নাক ফংফম থোক্লখিনি। মহাকপু ঙাক্লবিরগীদমক্তদি 'কবিগু রাবৌনিংঙাই লৈতে। অদুবু অসিমত্তুংদি হংনিংখি -

সোক্লোক ময়াইদা খুং খরা চাইথোক্লগা মুংখিল পোবোগ্না শগুন তৌরিবশিং অসিদগী এগী মুপানা তৌখিবা মন্নালনা হেন্না লুকখিব্রা? নৈত লাইরশিংগী চাকখাওদা খরদং ওইরবস্তু তাজগদবা চাকথুং মৎপীখিবশিংদগী ঐগী মুপানা তৌখিবা মন্নালনা হেন্না মীয়ামগী মাংনবা ওইরব্রা?" অদুবু হংখিদে। হংলবসু পাওথুম ফংগনি নিংদে। ঐগুম্বী হি মবগী লন্নী লৈজব্রবী অমা অগুম অখৌ কয়গী উশিল ওইনা কৎলগা লৈবাক্তী য়াইফগদবা লৈরবদি হাৎত্রবসু ইশা ইথম্ভা শিজবা ওম্বগী পাঙ্গল লৈক্তে। রাক্লোবীগসু মহাজনগী মায চোপ্পনবা ক্ষেংদগী হোটেলদা লাকচরক্লোই। মক লুকথরগা থোঙালোমদা তপ্না তপ্না থোকখিবদু মহাজন্না মুন্না ঙেংদুনা লৈক্লোই। ✪

# রিকসা রাশা

"তারাই, হৈমা ! তুম' লৈরমাস্রে ! মুন্নিংসি অ' য়োগ্রে। চংনবা জৌরসি।"

কালেন সুংশাঙ্গু কনা মরেক শেংঙি। অমুকী চাক তোকজগা ত্রোইং রুমগী ইঞ্জি চিয়াবদা ঙাহাক পেংখাবন্দগী তুমথকরমাস্রে খোইবীনা ইরাং লাংচকশঙ্গুদা মীং পাংথোক্লকই। শুপচিন্দুনা তুম্মুবা হকচাংঙ্গু অমুক্তং লৈজবী থাহুনা-ফি থোকউবগা হনজিল্লকুনা খুং অনিমা লুপ্নমদা খুরক চল্লগা নঙ্গলোমদা ঙাথবপ তৌনা— "পুং করা তাস্রে ?"

"মেংস্রে, অমা হেনখ্রবনি লেইশিনগীবো।" মাংলোমদা লৈবা ত্রেল্লিং তেবলগী হকচাং চনবা মিংশেলজদা মুশুক মুবা শময়ামঙ্গু থবাকলোমদা তংখাই তংখাই পুশিল্লগা শমজেং হাংনা হাংনা খোইবীনা বেদ্রোং বেদ্রোং ঙাংঙি "নাওবীতোনদি মবেকা লৈজহৌরসনু। মোমোগা ঐখোয় অ ম তাবে।"

হৌজিক্তা ইকজকবগী হঙ্গামপান ফনেক অমা ফিদোন চিংখত্তুনা শেংলিবত্থনা লোইবে। অঙাংবা তম্ফা হংপা সনাগী লিক অহুমত্তংদি ঙোরোক ঙোবা থবাকী অহাংবা শকক্রা মযেক লানা উরি। শিলিং ফেনগী সুংশিংনা শিং নানবা মমায়ুদা শমজোয় থবা ক্রে ক্রে হায়রিবত্থদা ঙক পৈথবপ তৌনা উইরুম উইকম য়েংঙুবা ঐগী মীৎয়েংতুগা মিংশেন মমিদা মীৎ চান্নরুরমাস্রে

মচিন্দু খোইরুম তৌরগা হায়রকই —" হৈরুম ! ঙাওবমাকে খেংপ্রন্দিবে।"

মপাল্লোমদগী ইন্দ্রান কবে ক্লৈনা —

'কদাইদা ঙম চঙনব্রে ? খে ইকী নমা লৈরব্রা ?"

"লৈয়ে ইন্দ্রান লেংশিনখীবকউ।" মাঙ্গোন্দা মোরা থাই।

'ইমাইপেম্মা, শ খ্রেনে কবিনে।; অশোন অনাগাক্তি য়াবনি।"

ঙাংন ঙাংনা ইন্দ্রান কবোক্লৈ মোব'দা ফমথৈ। ঐখোয়গীদা তোয়না লাকই। ইমাম্ম মখে'যগীদা হেক হেক কোইখোকলুই। মখোন তাবদা খঙমাল্লে চা'ঙবীতু ইমু'দগী থোক্লকঅগা মমৈদু চপ তিংনা থেক্কত্তুনা ইন্দ্রান কবোক্লৈদা ওথু খেংথুরগা কেনা খো ঙি। ইনাগ। নাওবীতোনগা থোক্লকপতু উবদা মাখোয়রোম্মদা অমুক চংখ্রে।

উকবা অথঙবা খুদিংনা শোক্লৈ —

"ইন্দ্রান কবোক্লৈসি মশক্কা মমিংগ চপ হেক চানৈদা। ঙৌরোক ঙৌরগা তবোপ তবে'ঙমনা কবোক্লৈদা কবোক্লৈ চু'ঙ্গাই।" অতুক অচল ওইরতুক ওবা মমায় মমিং ইফুম ফুরা য়েংবা নুংঙাইহরি। ইমানা য়ারী তৌই—ইন্দ্রান কবোক্লৈসি লৈমইনি। ওথাক' ফজরন্মি। কুচুগা, চু'-ফিরাং'গ চানা ফজবতুদা পাথং মচাশিংনা মাকু মীতামবা য়াওখিদে ! থাবল চোংফমদা লিকোন- শানুবা, কাং শান্নবদা মাডোন্নদা মীংয়েং থমৈ'। মা য়াওদবদা ইব্রাং য়াংপাঙম মমাম্মা হংনৈ। গৌর ধর্মনা মপান

খরিবৈ; অমাং অশেংগী য়ুক লাওরিবৈ মতমদনি ইমহান কবোক্লৈনা ইপন মুরালিদা চেনখিবদু। ইপনহুন্সু ফজমাল্লে। কেব। মানমদা মপা লৈতে হায়।

কল্লক মীহৌবা কয়ানা থুপাইনবা হোৎলখি। লৈবাক রাথে'ক ওইখি। অপোকপা মমা মপানফাও মহাকপু শিগ্রবগুম কাও' থোক্লবা হোৎনখি। মনি' থু'দবা কোঙ্গাই লৈববমু ইমহান কবোক্লৈ লাইবক্লা তমগ্রবনি খল্লা কনাদমু রারৌখিদে। ইপন মুরালিগা হরাওনা পুন্সি লেনমিন্নখি। অহুবু মপুরোইবদা চেৎনা শিগ্নজখিবা অমদি লৈ—

"ঐনা শিরগা ফুম্বতদি তৌবীগনু। মৈ থাজুনা পোংকোইবীযু।" ইপন মুরালি পাওথুম পীখিদে। নোক্রমক নোক্লগা ফাগী ওইনা থেমজিনখি—"ঐ লৈবিখৈদি নং শিবা শুকযা যাবোই।"

ওসি ইপন মুরালি লৈখিদ্রে। থেমজিনবীমবা লৈত্রবা, নাইতোম তাহৌরবা মথম্মোযগী চৈনা অহু ভুমিন্না খাংলিম'ল্লে। নোংমা মুমিদাংবাইরম অমা উখি—চীং লেম্না রাং-চাওবা অহল অমগ্যা ইমহান কবোক্লৈ সোরোক্লী মতাইদা তপ্পা-তপ্পা চৎলম্মি। চহীগী পোৎলুম্না অহল অহু মখ্যাং কোল্লপ তৌবে। মথুদাংদা মাক্লিবা ছাটিন অহু শৌরগা তাহাক লেপ্তুনা রারী শানৈ অহল অনিদু। অহাংবা রিকসা অমদা কাখৎলমদাইদা মুপাহুগী রুমাল মচিদা ইমহান কবোক্লৈনা করিগুম্বা খরা চেৎনা কিশিনবীখি। ফলা কুইনা লেপ্তুনা য়েংলৌই ইমহান কবোক্লৈ। মীৎয়েং রা'মা

জানখ্রবদা ইল্লিবা ফিগী ফিজিনা মপি তৈথোক্লপা তপ্পা তপ্পা থোঙ্গালংলামদা চংখি ।

ফক্লাং ঘড়ীতুদগী "দেং" য়েরকই। য়েংখৎলুবদা পুং অমা মথাই তারম্মে। মোরা অমদা ফমলগা খোংজুপু ব্রশনা তক-থোকলিভৈদা থোইবীনা হায়রকই—"মুপীগাক ওইরদি কেরিভৈদা খবক অমত্তা মংহৌগ্নোই।" থোক্লকপদা ইম্মান কবোক্লেনা হায়হৌই।

"ইচাশ', মতম ফত্তে ওন্তানা হঞ্জিল্লকউকো।"

লমজাও ময়াগী খোংনাং মথোঙদা ওহাক গারী লাকপা ভাইবতু শাখনা থাংফম খঙদে। অতুবু ময়াং ইকং কংবা, মমিং কুংপা, মীয়'ই চল্লবা মুপা অমদি মুংশাগী মৈশাতু করিগু খল্লবগুম বা'থোঙ মরি পানবা উপু অমা ইন্দুনা চৎলি। হুমাংনা লুপ্লবা মুগুক মুনা কাহৎলবা মমায় অতু মথুং খুৎনম্না মরক মরক্তা নানথোকই। মচিনস্থু লেপ্তে—"বরব, বরব। আইস ক্রিম, বরব .....।" মোমোনা ঐগী খুং পাইরগা হায়রকই "বাবা, বরব লৈবীর।"

কদোমদগীনো খঙহৌদ পুংকক চাওব্রবা মুপা মচা মরি মঙা চংশিল্লকঅগা বরবতু পংলোদা লোথোকপীরে। বরব য়োনবা মুপাতু মথুং লোল্লরগা হায়জে। না ওইনা ভাবীদে। মথুং হুমজিল্লগা পংলৌদা লোথোকপি। শাখং খরদি খাঙ্গী মহুত্তা কুম্মৈগুম্না রা, রা নোক্তুনা য়েংলি। মরাইবক খীরথা মুপাতু

পেহৌ পেহৌ তুশোন মাইশোম্না লেপ্লহু উবদা ঐনা অঙাংশিংহু লাওহৎতুনা তানথোকখি।

নৌবক মচারোমদগী অহাংবা বিকসা অমা পেঃ পেঃ থোদোক্লকই।

"কদাই চৎকনি বাবুনী ?"

"সিনেমা হোলদা চৎসি।"

পেঃ—পেঃ—অবুংঙো লম্বী খরা পীযো। পেঃ পেঃ—পেঃ। মরেল খোইরি খোইরিবহুদা খঙনিংঙুরম্লে। খোইবীনা হংঙুই।

"করি লমদগীনো নহাকপু ?"

"শিলচর লক্ষিপুরদগীনি।"

"মকমসিদা লৈবদি কয়া কুইবে ?"

"হৌজিক কালদি থা অমগুম্বা এইগুনি। চহি অহুম মমাংদো অসিদা কুইনা লৈরম্মে। অহুকালদা ইমান্ন লৈবনি।"

"করি তৌবা লৈরম্বা ?"

"করি তৌনি বাবুনী, ঐখোয় লাইববদি হাজিরা শুবা, পৈশা তানবা। নৎত্রদি চরা হেনবা।"

নিংথমথা চংলকপদা থুপচিন্দুনা থমলুরবা পেমক্রি হাওদি ময়াম উপুদগী চিংথোক্লকপগুম রানা হৌবকখিরা মাগী পুন্সিগী রাবী মথং মথং চেংদোক্লকই। নৌনা মপা কাইনখিবদগী মমানা মাবু চাওনবা রানা য়োক্লকপা, অঙম্বনা অতোনববু তুহৎপদা

কনবীনবা লৈত্রবা থুঁম্লাই অসিদা মমা মচানা তত্রক তবক হিংনবা হোৎনবদা নিংগমখিদবা কয়া, অচাওরম তাম্নবদা মম্লাই কানরবা মতমসিদা মমা মচানা হিংবগী মতাও যাওরভুবা মরি মরি শমথরকই। হুমা'না পুমচোৎ চোৎলবা মমাযত্থু ফুরিৎকী পাম্বৈদা তৈথোক তৈথোক্লা মখা ভারকই—"ঐগী পুন্সিম্থু অম্রমা রাবে। ইচাগু অম্রমা রাগনি। অত্থুবু করি তৌগনি বাবুনী। ভম্রমখে শুগনি। ভমদ্রে ত্তোকএ। অল্লাহগী থৌজান্নি।"

পেঃ পেঃ পেঃ ··। ঐগা মখোযগী রাবীত্থুদা যাওশিল্লুই। "নুপী থিবত্রা নহাকপু?" "থিরে বাবু। ইচা নুপী অমম্থু পোকএ। হৌখিবা বামজান থাদা চহি অমা মখাই ভত্রে।"

থকউ মপাদা পাক্লা ফি থাবগা কোৎলবা খোংগ্রাওত্থুরা মখুৎ যেংত্থু অমুক অনিবক শং শং নানখোক্অগা ওইথ'বা থবাক্তা মনু'লোমদা পানবা ফুরিৎখাওদগী শউনগী বেগ অমনবা অমা লৌখোক্লকঅগা খোইবীদা পী। মনুংদা য়াওরিবত্থু অতৈ কবিস্থু নত্তে, চেনা মরোল মবোল খোমশিল্লগা চেকশিন্না থমজবা মগী ইমুং মনুংগী ফোটোনি। ফানশা'গুম্বা অমদা পুন্না ফম্মিন্নবগা নম্বনি। মযুম ওইরমাল্লে রিকসাগী অমনবা তয়ার মচি মচিদা তাত্থুনা লৈবা পিক্তকপা য়ুম মচা অমম্থু ফোটোত্থুদা য়াওবি। যুমযাদা হৌবা ঘুবী পাম্বী অমগী মখোংগুর্দনি মখোযনা ফান থ রগা ফম্মীবত্থু। ময়াইদা চীং লেম্না ফম্লিবী মমাত্থু চহী হুমফুগী মথক ওইবগনি। ওইদা থিকসারালাত্থু মচা পম্মগা ফম্মি।

য়েংশ্রোম্রদা মাগী মুপীহ্ নৈজবী ফিজেংতা কেনা কম্মি। মায়েথোংশিংহ্ লৌথুপ লোকোই নৈতবা অচম্বা পুন্সিগী মমি ময়েক লানা ত্মাই। থোইবীহ্ ওয়াক য়েংওগা পীনা পীনা—"য়াম্না মুংশিরেনে নংগী অভাংসিদি। মমাম্ম মশক ফজে।" অমুক পিশিনখি। রিকসা বালাপাহ্ নোকমি নোকমি ভৌত্রুনা হান্নগী মকমদা হাপ্পুচিনখি। "খড়দে বাবুনী হন্দকী মুহরমসিদা ঈমানা মগুমপাগী অল্লাহদা তুরা তৌগনি পৈশা থরা থৌরাং তৌ হায়রেম্বাই।"

তিং-তিং-হুইশ—হায় অল্লাহ! অস্তুক কম্না থৌবদি কবরগী ঋাৰ্জন ফংব্রা?" পেঃ পেঃ কৈথেল মন্নুংগী সিনেমা হোললোমদা হায়জিল্লি। ভসাইদগী এঁভোন্দা ভাথবগা তুম্মিবা মোমো হৌগৎলকঐ।

ছুটি হুম্রিংনিনা সিনেমা য়েংবা লাকপা মীনা কুক কুক ইম্মরি। টিকেৎ ফংগদ্রা ফংজোইদ্রা খন্নরিভেদা রিকসা বালাহুনা মা লৌবীগে হায়ত্নুনা চংখি। ভাহাক ভাইনবা ওইনা রিকসা মনাক্তা লেপ্পিভৈতহুদা মথল মথেল উবকই। মশম শোভবা ফুম্রিং হোপ হোপ লাওবা জিংপা নহা অনিথক মাখোয়না তোংলকপা রিকসাহুদগী কুমথবগা অমমা নিঙ্গোং, যুক্রিংখাও হুম্না হুম্না থৌশাদনা হংজি "কয়ানো?"

"লুপা মরি।"

রা ভাংদে নহাহ্ মথুং ওইনা লুপা, অনি চংগী অমা

শৎতোকঅগা পি। অনিদি য়ামনদ্রে অহুমদংদি শুহনবীয় হায়জবছু থওইনা তাদে। লুপা অনিচৎপীছু রিকসাগী শাবল মথক্তা থনম্মগা চৎখ্রে। রিকসারালাছুনা কপতৌখৈ হায়জে—"লুপা অমত্তদি হাপ্লিয়ু।" শাফবা অনিছু। মমায় খংলৈ লৈশিল্লকঅগা মথুৎ শিংছুনা "হৈ, চবেৎ চবেৎ ভাংগন্থকো"। ফল্লগা সিনেমা হোললোমদা চংখি। রিকসারালাছু উপাই লৈত্রমাল্লে মতু ইপোন পোল্লা তপ্লি তপ্লি থৌখি। থোইবীছু থোইরাং থোইশাওননা ঐভোন্দা য়েংশ খৎলকঅগা মুরুম মুরুম শোল্লকই "কয়া ফৎখিদ্রবনো হিংচাবশিংসি।"

তুংলোমদগী শাংনা পোৎ-পো ওংৎ থোংভকপছুদা খংপ্রেক খংমা য়েংথোকউই—লৈচিন মচুগী এমঃ এনঃ জিঃ থাবা কাব অমা কন্না থৌজিল্লকঅগা খুওলেপ লেপখি। ড্রাইভবছু চেনথোরক্লুনা মনিংগী থোঙছু থুৎলৈ থুনা হাংদোকঅগা পাইছুনা লৈ। মনুংদগী যাবু অচৌবছু মচা মশু পুছুনা পোংশচৈ ফি-রোল লৈবা লেংভকপা ওইবমাল্লে চীং লেল্লা ছুকান অচৌবরোমদা চংখি। ড্রাইভবমা থোঙ খিংজিল্লগা গারিছু মকম চানা থমখি। ইনাক্তা লেপ্লিবা মোমোনা ঐগী খুৎ পাইরগা হংভকই—"বাবা, বাবা ভু অসিদা সিক্কাই মরক্তা দুপী অমা মকৌক থুম্মগা চৎলিবসি ফরিগিনো?"

"সিনেমা টিকেৎ লোন্না য়োনবগী ফাবিবনি।" কানসু কান্নরোইদবদা ভাহাক্তং ঐগী কোক্তা অচুম অবানগী খল ওল্লূরি। সরকারগী গারি লান্না শিজিন্নছুনা মীরামগী শেল ইকোং ফোংনা

হুরান্নিবসিদি ফাত্রগা ইকাই ইকি হুন্দোক্তুনা লুপা অমা অনিদং শেন্দোং ফংলকপত্থনা নোংমগী চবা তানজরিবী অসিবুদি ফাবী-বিসিবু চুম্রনে ?

রিকসারালাত্থ ঐখোয়গী টিকেৎ পীবরে। হোৎলদা চংলম-দাইদা থোইবীনা হায়খি—“হোরেন হনখিবদমু নংগীদা তোংনবা স্মাইদা লৈবম্মুকো।” য়াগনি বাবুনি। ঐগী রিকসা নম্বর ২৩০ নি।

ফনা নুংঙাইবা ফিজমনি অদুবু শামনবনা য়েংফম শঙখিদে ' ময়াই চন্নকপগীদুদা মৈ খংমুৎ মুৎখিবত্থ পুংলাং লাংনবকই। হুইশেল খোঙবও লাওবও মচিন মনাও মপা মচা ফমমিন্নবা য়াদবা ঙাহাক্ত'। লিলা লোইশিল্লমদাইগী অদুরাইদনি মীকপ মীরাও-খোলনা পুংলিল নিল্লকপত্থ। করিনো ? করিনো ? ইওক ঙক্নৈ। মৈ মুথংঙ্গে। শেং-শাং ফুবগী চরাংনবা মরক্ত্দা মহৈ মহৈ মপালনোমদা থোক্লবা হোংলৈ। থোইবীগা ঐগমু মোমো শমলগা উচিন্না মত্থংদগী থোক্লকএ। মপান্দা সিফাইনা ব্রাই চাযবম্মী। তিন্নিবা মীয়ামত্থম ইপা পাখৎলৈ। হংনকুবদা মুপা অমনা শাওরংননা খুম্লকই—“দুকান মত্থংদা ময়াং দুকান্দারগা মীতৈ মুপী অমগা লৈমিন্নবম্মেইযে। অদুগী ময়াং থেংন থেংনবা পংফুদা ফুবগী রানি। খবা থীনা ফুর' কদৌনি।”

ইরাং মন্তাত্থদা মুমদা হলহৌবনা ফরদমাল্লে থন্দুনা ঙসাইগী রিকসাত্থ ঙাইরমগদ্রা য়েংখিবদা থানা সিফাই অনি অহুম্না রিকসা অতেকপা অমা শঙত্থনা লৈবা নত্তনা অতৈ উদে। রিকসাত্থ

ফনা থীনা তেকএ। মনিংগী চাকা নামা পুংকোন কোনশিনখ্রে। হেন্দলহৌদনা তেকএ। চাকা অতেকপরোমদা চেপথহনা লৈরিবা রিকসাহুগী মনিংদা ইরিবা নম্বরহু উরুবদা স্বাই লাওই।

"নম্বর ২৩০।"

"ঙসাই ঐখোয়না তোংলকপা রিকসাহুনি।" খোইবীনা খংপ্রেক খংনা লাওরকই। ঙাইঙমদহনা মনাক অহুরাইদা লেপ্লম্বা অমদা হংখি—"রিকসাৱালাহুদি?"

"হোসপিটালদা।"

"শিরব্রা?"

"শিদে। শোকপদি থীনা শোকখ্রে।"

সোরোক মথক্তা ময়োমদগী হৈদোক্লবা চেং খরগা আলু অমা অনিগা ইচাই চাইনা তারিবহু রিকসাগী ফমকম মথাদা হাপচরম্বা ওইরমাল্লে। রানা তাল্লগা কংজবা খরহনা চাবোই চাদবোই লেল্লগা ময়ুমদা লৈহৌরিবা অহল ওইরবী মমা; মাগী মুগী, মুংশিজরবা মচাগী খরতা ওইরবল্লু থাবা ঙম্ববা অরাবা খঙদনা হোৎনজরম্বগী রারীহু মথম্মোয় শোল্লা লীজরম্বনি। খোইবীদি হীক হীক লাওনা ইল্লিবা ফিজিনা মপি তৈথোকতুনা থাংজি।

সিফাই গারি মপোৎ অমা লাক্নুনা মী পুম্না লেপ্লশিংহু ভানথাইরম্বে। হুকান অচৌবা মচা ঙম্না খোঙ লোনশিনখ্রে। ঐখোয়হু খুংলৈ থুনা য়ুম য়োনবা হোৎনখি।

মুমিদাংদু রা-লান ইঙাং ঙাংনদে। কিজে হায়দুনা নিংঙাই তৌথর্দা মোমোস্ন নাওবীত্তোনগা মবোক্তগী ফমুংদা ভুমখ্রে। ঐহাক ওল্লাংবগা, রাখল চল্লাংনবগা থেংলবা ফাওবা ভুম্বা য়াখিদে।

মায়য়োক্লনা থাবা ফমুংতুদা শুৎ, শুৎ কপ্পীগী খোঞ্জেল ভাবকই। মমংদা থোইবীনা কপ্পা ওইবমাল্লে খন্দুনা হৌদোকপদা খুমলক্তে। হৌগৎলগা মাগী কাংখল হায়দোক্লগা য়েংলুববু মশিনা মখজাই পুমচোৎ চোৎলম্মি।

"ইঃ ইঃ, কপ্লিবো?" খুমদে থোইবী।

"নংগী পি —সিদি 'পা' মখোঙদা যান্দুনা লৈবমদাইযে।"

"শিরম্মদি মাগী মুপীনা তৌবমগদবদু—?"

পেহৌ পেহৌ থোইবীনা সোব মপী অমা শাংনা হৌনথবকই

"শিরম্মোযসে কৈগু। হযেং অযুক ঙম্বানা দাক্তরদা চৎলুসি। থবতুম চংশিল্লু।" খোইবীদু মপি তৈথোক তৈথোক্লা কক্লাংলোমদ থবা চংশিনখি।

অথাপ্লদা উমংলাই হবাওবিমাল্লে। মেঙবা শক্লকই —

"মমাং লৈকাই থম্বাল শাংলে, খোইমুনা ইল্লে খোইরাবা।'

## ৩ৃর নুমিৎকী অন্নকতুদা

কনা কুইরে তক্করকইবা। কান্নদ্রে খঙলমকদা হন্দে তক্কবীহুন্ন। ওসিন্ন হৌদোক্লকই —"কুন্নমলৈ, নংনা খল্লিসিবু করিনো ? মহাক হন্নকখিনি খাজরিত্রা ?" পাওখুম পীবগী মহুৎতা "ইচে চা লোল্লুখিগে" হায়দুনা ইমুং চংখি। খোঙ্গাললোমদগী লুম্না পুরকইবা অমনবা বালটিন্দু তুলশিবুং ময়াদা থম্নগা মখ্বাং তিংখৎলদুনা হায়রকই - "তকবী নত্রবে ?"

—মাল্লি ইনে। করিনো অদুক রানা পুরকইদবু ?

—হেন্না, য়েনম কৈদোম অনিথক থারিয়ে। অহুগী শক্তি খবা লৌরুবনিদা। ননাও উরত্রিব্রো ?

—উরবে।

—কম্মু, কম্মু চাগাক থকমিন্নখো।

বালটিন্দু পুন্নগা মনিংলোন্নদা চংখ্রে হুনুবীহু। তকবীনা চা থক্লা থক্লা অমুক হায়রকই—

—ইচেনা হায়বিবসি নংঙ্গীদমক্তনি। ন্নপী ঐখোয়সে ন্নপাপী মরুম থুগ্না হিংদবা য়াদবনিনে। নপাক্ত নহানি।

নত্তালমখেদি হৌদোকলুবদা ইবা থাগৎমকবা কুন্নমলৈদু ওসিদি ওন্থাক তুমিন্না খল্লরগা হায়রকই।

— ইচে ঐ ন্নায়া নিংঙমহৌদেদা।

মানা নংবু নিংশিংবীরমখিত্রনে ? চহি মঙা হায়জিল্লকঅফাওবা মাগী লৈকম ফাওবা খঙহল্লক্রুসিদবু। মুপী অমা লৌরগা মুংঙাইনা লৈথোকঅমগ্রিদা। অরাইবা তরুবি নৎত্তে। মথং মথং নোংশিল্লকই।

—ইচেনা হায়রিবসি নং মুল্লা খল্লু। চহি খরা লৈশিল্লে হায়বতনি তোলোবকাক চাওনা চারিবা ব্লোক ওফিসারনি। মবাইবক থীবদগী মুপী শিখিবগী তৌবনি। অঙাং অনি থনমন্থ-ছুম্ন মুপী ঙাহাক্তনি। মতুম্ খপু মবেল্লা য়োকখ্রবনিনা নঙোন্দা য়েংবদবা লৈজে ; নংগীসিদা য়ুম শাবগা লৈসেইন্নু য়ানিয়ে।

কুসুমলৈ তুমিল্লা তাবা নত্তনা করিস্নু হায়খিদে। মাগী পাওথুম হায়ববু

—"ইচে ঐ য়ুম পানগে খল্লেদা।" অসিতনি। তরুবী চৎত্রবা তুংদা কুসুমতু মথন্তা রাখলনা উত্থুনা লৈহৌই। কমুংদা লোংখ্রাক লোংনা ঙাহাক লৈরুরবা তুংদা উপু মতুংদগী চিঠি অমা লৌথোক্তুনা পাই।

কুসুম,

ঐহাক কনাবুম্নু রারৌদে। রারৌনবগী পাজনম্নু লৈতে। নিংঙমদবা, ইকাইবা খরদি ফাওখি। মর্তুম্নু ইশা ইথক্তগী ইরালনি। মতম অতুল্লা খনদি থনখিবনি —চুপানা শুপী মমুমদা লৈবা হায়বসি উরবমু উদবা ওবা, তানা তানা তাশিন্নদবা হৈবা তাবনি। কাশংবদি ইমা, পাজি অনিমক লৈখিজ্রবা তুংদা ইফালদা ওংবী ঐগী অমত্তা ঙাইজরবী ইচেগী য়ুমদা লৈল্লুবা লাইরিক তম্বখিবত্তুনা ঙসিগী কিতম অসি ওইহনখিবনি। লোবা ইমা ইপা কাইনরকঅবনিনা

ইনেশ্বোকপু ইমা শক্কা সেবা তৌজমিংভুবগী অপাবশু লৈখি। অহুবু মসিমদি খন্দহৌদ্রে —ইংনা হবাওনা লৈমিম্নবা হায়বসি শুপা মুগী অনিগী থাক মাম্নবা চংভি।

নোংমা অমুক অমা নখোয়গী স্কুল মনাকী হোটেলদা চা থকমিন্নহৌবা পাখঙছু ঐগী অচম্বা রাথলনদি থোইনা খঙ্গুদবনি। অহুবু মথংগী মুমিং অমদা পাখঙ অহুমকী স্কুটর অনিংদা নংনা তোংলগা চৎমিন্নহৌবছুদি খঙ্গদবা ওমখিদে। কনাদম্ভু ফোংদোকলুদনা তুমিন্না থাওবা ওম্বগী ওমখৈ লানখিবদি নোংমগী মুমিদাংবাইরম অমনি। মুমিংভু নহাকস্ভু নিংশিংলম্বা য়াই। কনাম্ভু লৈতবা অহাংবা যুমছুগী কা অমদা পাখঙছুগা নংগা নোক খেছুনা চা থকমিন্নবিওদা ঐহাক চংলকপদগী নখোয়গী নিংবা কাইখিবদো। পাখঙহু খিন্দোকলুরগা নংনা ইপা পাখংনা হংখিবদাই —"হৈমা! কন্না কুইরগে হল্লকপা?" পাওখুম পীবগী মহুৎতা ঐনস্থ নঙোন্দা হংখি —"ইচা খেমথোইদি?"

—ইমাগা অম্রাংলোমগী ইনেখোয়দা চৎখি। ঐনা চিংনদনবা ওইরমাল্লে, মবী লৈনদনা নংনা মথা ভাথখি —"ঐখোয়" স্কুলদা ওজা ওইমিন্নবনি। ঐগী তলবন্থু লৌবীরকই হায়ছুনা খিল্লক-অম্বনি।" ঐহাক মথা তানা খঙ্গকগদবা য়াম্না কিরে।

অদো, কুসুম অসিমত্তংদি ঐহাক ফোংদোক্লিংই —কলেজ অমত্তদা পুম্নঃ ভাঁমিন্নবকাঁথিবনা নত্তনা নংগা ঐগা মকোক মথং ক্রক ক্রিক ভান্নরকপনিনা নহাক মুম্না খঙলম্বা য়াই —ঐহাক ইশাগী ওইজবা বরগীদমক খক নমথাক তৌদে। ইবাম্নি পুন্সি

পোংদামিল্লনবগী, অহানবা ঊনরপ্রক্তদা হায়খিবদাই —"কুসুম নহাক্কি ওজা ওইহুনা তে য়োব চারবানি। ঐদি হৌজিক ফাওবা থবক ফংদ্রি। নঙাক যায়া নিংঙ্গমলক্রোই।" অহুবু নহাক্না ইরাই লাইনা খুমদোকখি "ঐস্মু ইমা ইচাদা লৈজবনি। অচাওরম পামজদে। ইমাবু মুংশিনা লোইনবিগদবু লমচৎ কজব। অহুথক্তনি ঐনা পামজবা। অহুক মতিক চাবা মীনবু থবকীদমক কবিগী শোষ্কলগদৌরিবনো।" মতুদগীনি ঐগী আশা পুন্নমক নংঙোম্দা থম্মখিবা।

ফবে, পুন্নমক অসে হৌখ্রবা ঙাহাক্তনি। নহাকী অপাম্বদা মথা তানা অমুক অয়েৎপা পীনিংদ্রহুনা ঐহাক য়ুম থাদোক্তনা চৎলবনি। চৎলমদাইদা ইচা মেমথোইবীদা খঙহল্লমদ্রে। মাবু খরা থেমজিনবিযু। ঐহাক মতিক চাবা মী অমা ওইদ্রিফাওবা থোক্লকে খল্লে। ঈশ্বরনা নহাকপু মতম পুন্নমক্তা থৌজানবিসনু।

—উপেন্দ্রো

য়ুম থাদোক্তনা চৎখিবা চয়োলম্মুক লৈরগা ফংখিবা চিঠিনি ফংবগা চিংনরিম্নশিংহু শেংদোক্লবা কুসুমগী চিঠী থাগে খল্লুনা ইখি। অহুবু মাগী লৈফমদি তাক্লক্রবনিনা চিঠী থাকম খঙখিদে। ওসি অমুক নৌছৌনা পারুই—

তা উপেন,

নহাক য়ায়া পুকচেল পিকইনা। ককেন্নগী পুক্সিদা অহুক শাংনা লোইনরকপবু ঐগী পুকচেল খঙবীদবোইরে। ঐহাক্তি পামজবা, অনিংবা অমগীদমক্তা থরাই থারকাও ক্লাইদে খঙবা মীনি।

মীনি ঐ খঙতি, তা'উপেন কাসারদা পোকপনি ইস্কুলদা ওংবা ইচেত্নু ... না কনাস্থু লৈত্রে অহুবু ঐনা তা'উপেন হুংশিখি। নহাক্কী পুকচেল অমসুং লমচৎতবু ঐনা পামজখিবনি। মতমত্তুশী য়াখলত্নু ভসিযাংবা তোংদ্রি। হোংগনি হাযবসু থাজদে।

স্কুলগী হাফ থ্ব মতমদা ওজাশিং (মুপা মূপী পুম্না) চা থককমিন্নবা; লেজ লৈজব পুথোক্তুনা ভুহাক পোৎথামিন্নবা চৎনদবা লোনচৎ নত্তে। মসিবু কয় ম কাপ্টববগে? নোংমা ঐনা গারি যাদত্তুম। ওটে বিকসা ড্রাইন ভাইনা চৎশিদৈভদা মহাক লাকপগা থেংনত্নুন চৎমিন্নখিবত্তুসু নং ঙ্কা হু লান্না লৌরমাল্লে। অহুবু চিংনবিবশিংত্নুসু ক্ষোংদোক্তুনা ঐম শেংদোক্কবগী তাঞ্জ খজিক্তখাওব পীখিদবা তা'উপেনগী থম্মোয়ত্নু কনমল্লি।

ঐহাক মথ ইথববোই। গুপ্নতগী অচুম্বতুথক্কুং ক্ষোংদোক্লিং-ছনা তৌবনি। থাজবা থাজদবত্তুদি তা'উপেনগী রাখলগী মথা পোল্লি ঐহাক্কীদি অমকপা অমসুং অহোংবা মমত্তা লৈজদে।

কুসুম

তুস্কম কাগী ফক্রাংদা থেংলিবা ক্ষোটোত্তুদা ভাহ'ক তুমিন্না য়েংলুবগা শ্বোয় মপী অমগা লোইননা শোস্থাংননা হাংদে খি "ইচে তকবীনা হাযবগুম্না নুপী অম লৌত্নুন লৈংত্র?" নোংমসু কুসুম স্কুলদগী কুম্নকপদা তকবীনা থাম্নগ হ খি "কুসুম, নংবু করি হান্নরিগে?" রাখলন লু থংবা কুসুমলৈত্নু মাকে ক্তু লুকথত্নুনা ভহাক লৈক্করবা তুংদা য়াম্না হৈনিংদনা থুমখি।

—ইচে ঐ কবি হায়দোনো খংদ্রে।

—অপংবী অন্নক কুইনদি ই-পাং অ-ও পংচল্লক্রুহুবু কৈদৌখিগে হায়রিনে? অতুক নঠ লনা-পুন্সি, লাংচল্লগেবো? মশাগীতা যেংবা মতু চাম্বা খুৎ মথাম অমা খিংজিল্লকদবহুম্ম খল্লুনে। ইনে লৈরিখৈদি খবা এফৈদো।

তকবীনা হায়বিরশিংসি চুমদবদি নত্তে নফম থাকপা চাহাক্কুনি। কুম্মম তৌনিংঙাই লেগ্লে "ইচে ঐ পন্নুক্লা খল্লকখিগে হায়বম্মগা গাবি থাদুং লখি আশাগী মঙাল নচা অমত্তুং ফাওনকপগুম তক্কবন ইতৌই "সাহব যাপো" নত্তেকো। ঐ হযেং ইনে উন্নবা লাক্কন'

হল্লকপগা কুম্মম ইমুং মন্নুংগী থবকশিংদু লাইশিনবদা খিং খিং লাওনা উই। রাখল নে তাদন চবাংনবগুম থবক অমত্তুদা, নতানা শুদবগুমম্ম তৌই। থোঙ্গাল্লোনদগী চংলকপা ডাকপীযোম্না হংলে —"কুম্মমলৈগী যুমসিবু?"

—মাম্নি। ইশানি। কবি হায়বীগদবা?

থাওদগী চিঠি অমা লৌথোকঅগা "সিদা সোই অমত্তা তৌবীয়্।"

কুম্মমলৈগী মমিংদা থাবকপা চিঠিনি থানবইবা মাদুগী মমিংদু হেক উবদা কুম্মমলৈ থাজদবা, ডকপা হৱাওবনা মপান্তু তনিক তনিকখি। ঙাইঙমদনা পাখি।

কুম্নুম মতম কুন্টবে েন নঙোন্দা ই-পাংগ অমত্তা থাখিদবা। থাকরগা নহাক্কী অকাইবা ওইগদ্রা কিবদগী থাদবনা ফবাস্ত্র থনখি। তত্তব ঙসিদি ঐহাক অনিংব অমগী মশা পোন্না করিগুম্বা থবদং ফোংদে ক্লিংতুনা ইখিনন। চিঠী অসিগী মবাম্বক কবি ওইগদগে হায়বাদি খনফম থোক্রে। পম্বু'ফম হোথিবম্মগদ্রা হায়বগী ন্নুংনাংবল্লু কল্লা ফাওই।

থম্মোয়না য়ানিংদ্রবস্তু ঐগী রাখলনদ তংতনা খন্তহল্লি পল্লেপফম খঙদন চংথ্রব নগীদমক নহাক্ক ঙসি ফাওবা ঙাই-বমফম থোক্তে। লম্বা অত্তুমকস্তু নহাক্কা খ্বাইদগী অচুম্বা খোঙ-থাংনে। নতুগীদমক এনা নংবু খক য়াবোদে শুপ্লতগী ইচা মেমখোইগী খল্লুবদা পুক্লিংনি তযাং তসোইবদি ফাওই। অতুবু নতুস্তু হৌজিক্ত মচা অনগীদনত্ত নপা অম ওইনা তৌফম থোকপা খবা নখিদি ওম্লগদ্র। থল্লে

কুম্নুম, ঐহাক হন্দক্তা দুবদবসনগীদ থবক অমা ফংঙে। পোষ্টাংস্তু ইম্ফালদা ডাবে। নহাক থাজরমদবা য়াই। এনা অম্মুক কুইনা কনাদস্তু খঙহন্দনা খাঙলিবসি অতৈ অমগী নত্তে। শুপ্লতগী এগী কুম্নুম অমস্তু' ইচা মেমখোইবীগী মতিক চাবা মী অমা ওইদ্রিম্নখৈ থোক্লবোহ খনখিবদগীনি। ঙসিদি এগী থম্মে য়দা হায়ফম খঙদবা ন্নুংঙাইবগী ইনোং অমনা মংলান্দা তাওহল্লি। অতুবু থংনবা মীকুপ্তা চিংনবগী ইথিলনা শাগৎলম্বা আশা পুম্নমক লিক্লি মচেৎকুম্না কাইখি।

ক্ষরে, অমবু ওইববস্থ অমবু ওইরবস্থ ঐহাক অনৌবা থবক অহুগীদমক্তা লাক্লিবা বোর হুমিংকী অমুক্তা থকম অহুদা য়োরলগনি। করিগুম্বদা মহাক্কা ঐগীদমক্ত লেপ্লিবম্মগদি ( থাজবদি ওমদ্রে ) থোঙ্গান্দা ঈশিং পুন অথনব অমত্তং থুপ থারগং থম্লম্মু। মতুনা অরেপ্পা খণ্ডনরসি

কুশুমলৈ নিংদোন তিং তিং চোংখি। হুন্না হুন্না পাখি চিঠীহু। শাংলপ চাং মান্নমা ফজবা মাগী মহোৌশানী গুৎইহুগী লোই-শিল্লকপদা ইবি— "উপেনদ্রো।"

মুংশাগী মৈশান কংশিল্লুরবা হৈপাল-লৈপাম্না কুমগী মোং লাকপদা ভগং তগং তেকবংলকপগুম কুশুমগী হকচাং কযাং পুম্নমক ফুং ফুং শানা ইনিল কাবকই। বোর হুমিংকী অয়ুক্তদবু খোরাংনা গুপ্তখি।

বোব হুমিংনি।

পুংকক চাওবরবা অঙাংদগী লাইনিং লম্বীরোমদ চংশিল্লক্লব অহল অমনশিং ফাওবগী মুংঙাইরব কুম্মেনি বোন লাইখুরুম্বা হুমিং। হবাও কুম্মেনা হাকমল্লকপদগী মীপাইনরবা মতমসিদা থম্বা হম্বরকপ্পা হাংযববু অক্ষোয়ন্তুম হেনগংলকই। চৈরাওবা অনি থোক্লকং। য়াওলংগী মথে লাংবা হম্বরব্রা খল্লবনু লিশাং শিংনা উমংলাই হবাওবগী কুম্মেনা শরুক অনি হেনংখ্র। তুগ। পুজাগী মথক্তা পাংহোই াস্ত ইয়াংনরকই। হম্বরকলিবদি তুম্নতগী থকসি খাসি মীসুংসিগী চাং অহুনি

ঙসিসু বোর নুমিৎকী অয়ুক্কি। লৈরক কোনসাং পুমলাং লাংই। কুসুমলৈদি অহিং তাখাইদগী হৌগংতুনা নোংঙানবা ঙাইত্তুনা লৈখি। মমলি মমলি তৌবিঙৈদগী মনম নুংশিনা ফুৎপা চেংহিনা মকোক মরু শেংনা তুমথোকুনা ইরুজবা লোইবদা নোং ঙানফু ঙানফুংদা মতৌরি। থোঙ্গানগা তুলশিবুংগদা ইশিং পুন অথনবা অমমম থমলগা ধুপ থাওমৈ থাত্তুনা য়াইফ পুংফমছু ঙাইখি। নুমিৎনা নোংপোক মাইকৈদ তরং তরং কাখৎলকপগা লোইননা কুসুমলৈগী পুক্কিং লৈতাদবা চেনগৎলকই। অয়ুক্কী পুং মাপললোম তারে। থোঙ্গানলোমদা হেক হেক থোকলগা য়েংলম্বুদগী ইমুংদা চংখ্রে কুসুমলৈদু। ফমুংদা হিপ্লোই ঙাবোই তৌরগা অকোনবদা থাবকপা চিঠীদু হন্না হন্না পাবিঙৈদা নুপাগী খোঞ্জেল অমনা তলপগা কৌরকই—"কুসুম !"

ঙাইঙমদনা থোক্লবইবী কুশম্না "হৈমা ! মৈ ওক্লবা পুথোক্লকখিগে।" চংগে তৌই।

—অমুক্তা ঙাইখো কুশুম।

—কৈদৌরগে মৈ ওক্লগা চংত্রদি তৌহৈদেয়ে।

—অসিবু কনাগীনো ?

মাঙ্গোনগী ক্ষিয়ান্দা য়াল্লিবা খুদৈত্তুদা চিংনবপ য়েংত্তুনা লৈ। কুশুমলৈনা ইশি শিনঃ নোক্লগা

—নঙাক্লা শেংনবা লৈরুবনি। অহনবনি। ক্ষিরোল হোংদোকঅগা ইরুজনবা তৌরসি। ঐ চাক থোক্লৎলগে।

ইমুংলোমদা চংনা চংনা

—ইচা মেমথোইদি ?

—বোর লাই খুরম্বা চৎখিয়ে।

— ইমাসু ?

—ইমাদি মনিংদা ইংখোল শুবি

রাবী শান্নবচু হায়বপ তামাল্লে মনিংলোমদগী হুংলকই

—ইবেম্মা, কনা লাকই ? নচে তকবীরো ?

নপ্তে ইমা; অা...। মখা তাহনখিদ্রমাল্লে শংলেপ লেপখি। নাবোন্দগী হায়জিল্লকপা মুংশিংনা হাংদোক্লম্ব' থোঙচু তপ্পা থিংজিনখিবগুম তৌই। ইমায় চোল্লবা পুখ্রিগী ইপাক্তা অঙাঙবা মুংশিংন, হুমজিল্লকপদা কারকপা ইপোম্ম' লৈনিন কাডুনা লৈববা লৈবাইদা জোন জোম য়ৈশিল্লবি। লৈপন্দা হৌবা শাৎকাইরকপদা ঙাইরিবা য়েংথৌ মপালচুসু হাযনা হুম্ন' খাংলি। ইংখোল শুবিবী হনুবীচুমদি পোথাবা লৈতে। মখোক হিকতোকখ্রবা থাংজোডুনা চক চক মখোঙ শোম্লি মাগী য়েনম কৈদোমচু। ✪

# ৰেল গাৰিগী মশুং অচৌবা

থা ভাৰতকী মমিং চংলবা লাইয়েংশঙ অমদা অনাবা পুহনা চংলুবদগী হল্লকপনি। থা অনি অহুম থাদোকঅবনিন য়ুমদা থুনা যৌনিংঙি। নুমিং নিনিবোম চংকদবা খোঙচংতু ঙাইঙমদে। অতিং নুংথিল থাক্লনা অৰাবা খঙদবমখৈ চাং, পাং, তুবেল লায়া ঐখোয়বু পুৰাঁবিবা বেল গাৰিহুনা ষ্টেসন মচা অমদা ঙাহাক্তং পোংথাজবদা ৱাবৌই। পুন্সিবুসু ৱাৰৌখি, লাইয়েংশঙগী পুক্লিং নুংশিনিঙাই ওইবা থোদোক কয়া মথং মথং নিংশিংলুবদা।

মক্কমতু শেলগী কৈথেননি। থৱাইবু সেন ফলা ওনফম্নি। লাক্ক, কৰোর মৰক্তুদা থৱাইতবু কনবা ঙম্লগদি হায়হনা লৈক্লবা পুম্নমক য়োল্লগা লাকচৰিবশিং গীদমক্ক মীনুংশি উংপীগদবা কনাগুম লৈতে। শৰু পোলাংগী মুক্তী অমা মাগী, লোইনবীনা শম্লগা তুৰোই ঙামলোই লাকখিবতু টৰগা থম্মোয়দগী ৱাহং অমা থঙ্কহৌদনা থোকখি –"কবিগীনা মমল য়াওৱবা, মুংলি মুংলিৰবা মথৱাইস্লিবু অসুক পাম্মুনা পোমক্লি হাওদিনা য়োম্লগা থম্লিংলি- বস্লিবু?" হাযজবা থুদিংমক নাথৈরগা ভুপ্লতগী তেল্লবা পাওথুম অমথঙনি মহাক্লা ডাক্তবতুদগী ফংগদবা—"নহাক শেল অসুক পুথোকপা ঙমগদ্রা ?"

লেপ্তুনা চেনশিল্লকপনা নুমিদাংৱাইরম ওইশিল্লকএ। তরক তরক লমহংদা লৈরিবা পীকতক তৌবা ষ্টেসন্দু খুন্তাক লানশিবগুম উবি। প্লেংফার্মগী মপান্দা হৌবা মনা পুওবা উখাদা লৈবিবা নুডগী ফান্দুদা ফম্লগা হকচিক লাংলিবা মতৈ মনাওন্থু মীতাকই। পীক্লিবা মচা অনিস্থু মনিং তম্লা চেন চোংতুনা শান্নবি। চাংদম্নকই মফমত্থুগী ইওনা চিক্লা লেনবা পুন্সিন্থু ইবমদমগী মীন্নুংশি যাওদ্রবা মীহাৎ-মীপুনগী পাওন' নাকোং শীংজা যৈরবা পুন্সিন্থুগা

ওল্লিভৈদা নহৌশাগী ফজবশিং যেংথুনা পোৎথাবস্থু মমশিল্লক-অবত্থুদদি তোফম খঙদ্রতুনা কুবিংখাওদগী দাইবা লৌথোক্লগা কবি কবিনো খবা ইশিন্নবা হোৎনৈ। ইবম্মী, লম্বীদা, লাযেংশওদা খোংনখিবা, খওনখিবা মযাম অমগী মমিং মথা- মিষ্টব যাদব, বাকন চক্রবর্টি, রোয জ্ঞান .কাকলা, ব্রিগেদিযাব চারি, দিল্লিপ ভাটাচার্জী—। ভাটাচার্জী মতৈ মনাৎহু মচান্নপী অনিগা লাইযেংবা লাকহিবনি। লম্বীদা যাম্না ৱাম্নিখি। ভাটাচার্জীদি কা হেন্না ৱাখি। মাগী নুপীগা মচা অনিওগা তুমহল্লগা মানা অহিং মীংশেং খাওহুনা লেনখি। নোং ডানযুং ডানফুং তৌরকপদা মপা মচা নোক্ল নোক্লা ৱাবী শান্নবস্থদগী চোকথখিবনা ফম্না কম্না উইথখিবা মপাহু উরগা মচা নুপীনা মপাগী মঙকশম কোল্লগা হাযখিবহু নুংশিবকই—"তুমি পাগোল হোযসে।"

বেল গারিপী নোমহৌ নোমহৌবগা লোইনন। জিক জিক লাওবা মথোন্দুদা নাওশুম ঈশৈগুম চোকথববা মযামত্থু তুমখনখি। মথান্নুংদা মুংডাইনা পোৎথাহল্লিবশিংত্থু পুরগা চোকথবা লৈতনা

চেল্লি রেল গারিদুদি তুমদ হিগুনা। মীচিক মীরাওখোল তাত্রবা অমম্ব অতিংদুদা রেল গারি অনিনা খোঙলগা মায়য়োক্লনা চেন-শিন্নরকইবদু চৌংলাই অনিনা মচা হাক্নবদা য়াথিন্নগদবগী ময়াদ! মৈ ফ্রি ফ্রি কামদুন' হোৎচিন্নরকপদুঙাই।

মোং ঙানবগা মাগী মাগী তঙাইফদবশিংদু পাংথোক্লব', লোইশিন্নবা হোৎনবদা থবক চিন্নরিবৈদুদা মথক্ত বার্থতা গ-ন্ন গ-র চিংনা নাথোক্লনা তুমলগ্না সরদারজীদু ঙন্নানা মথৌ পাংথোক-লুরমান্নে অশাংবা মকোয়, মশম তুমথোক্লগা হকুজরুবগী ঙাংলৈনবা অরাংবা গমশা মতেক অমা য়াল্লগা রেলগারিগী মন্নুং অচৌব-রোমদগী ইশৈ ঙংদুনা থোক্লকই। ময়াম্না হৈনখিত্রবা রেলগারিগী মন্নুং অচৌবদু সরদারজীদুদি ওস্থোক্ল। কোম্না শিজিন্নখ্রে। মথৌনা-দুগীদমক মনা চাওনা পীনিংঙি। নিংশিংলকই, ইমা থৌরানীগী রেলগারিগী মন্নুং অচৌবগী য়ারীদু।

কুমদু ঐহ ক সেমিনার অমা য়ওরুবদগী হল্লকপদা ইম' থৌরানীখোয়গা থেংনখিবনি। চখোয়স্ন বৃন্দাবন চৎলুবদগী হল্লকপনি। ঙাঙাং অমুজাওনা লমজিংদুন' ল কপা ওইরমান্নে। মুপীনা অরাম্বনি। চহি য়ংমজরবস্ন ঙৌরোক ঙৌনা নোয় নোয় লাওবদনা মিং ইথম থন্না উবম্বা ইমা থৌরনীদু ময়েং য়াম্না তারম্মে। মশমশু শিং নাম্ন' কোকথোকখ্রে। হংখি —

"ইমা থৌরানী হকচাং ঙমুদ্রা?

"রাধা গোবীন্দগী কৃপানা ইমাদি কোকফাওবা চিক্লক্লে।

লুংশিখ্রেদা ব্রজ বৃন্দাবন্দো। শির্স্ম পেল্লে। নং "ঐঙ্গা পুরেনগী সেবাগী লোইশিল্লম্মে।"

"মরেং য়াম্না তানা উবহ্নদা।"

"রেল গাবি মন্নুংদা চাবসি কয় লুংপ্রাইত্তুনা উহৈ রাহৈ খরনা লেনবহুদা তৌরি'নি।"

ইমা থোরানীগী গোরিয়া মতাহুনা রেলগারি মন্নুংদদি চরা হেনব' তাবনি। অমাং অশেংসিনা মচা মমৌদি খম থেংনা ররবনি। চাকখুমগী অশেংফি হোংবদা হান্না ফি অচোৎপা শেংকদবনি। ইরুজবগা ফিশেং শেংলগা চাকখুম ঈশিং শোকপা তাই। পিক্লিবা অঙাংফাওব ইরুজদনা চাকখুম চংবা, চাক চাবা য়াদে। মখোঙ হাম্বা চংবদা মাক হেক য়াওরুরবা, লোইবে। লান তৌরে। মাগী চৈরাক কনবহুনা ইংখোল থংলনা লৈবা ঐখোয়গী ইমুং ফাওবা মনিন য়ৌরকই।

নোংমা অযুক অমগী থোদোক্তুদি শঙ শঙ উরি। য়াহৌরকপগী পোৎলুমহু নংহৌরোইদগুম তৌরমাল্লে, ইমা থোরানীহু ফনা থাপ্পা ফি খনম্লগা চেনশিনখি। তাল্লক্তুদা মনিংলোমগী হুইনাওহুনা ইমা থোরানীগী ফিহু চেল্লগা পুখ্রে। মাহুদা ইমা থোরানীনা অমুক্তং তান্নবহুদি। মখুৎ ওইনা ইকাইবা শাক্লবা শেম্নরগা মখুৎ য়েংনা লৈতুন্না খ হুনা তান্নবদা। হুইনাওহুদি সারাক শান্নবগুম কোইচেন চেন্দুনা লৈথোকখ্রবনি। ইংলিস ফিলমগুম্না কুম্মৈ হুংঙাইরিঙৈহুদা তুংলোমদগী অঙাং মমানা খুজিন্না শিল্লকপদা খঙপ্রেক খংখি।

ইমা খোৌরানীগী হরাওজবা. পেনজবগী রারী ময়ানত্নদা লেপ্তুনা লমশাং লাকপগী অরাবত্ন ইকাও ফাওখিদে। নুমিদাং-ফাওবা লৈখি।—বৃন্দাবনগী ফজবা, রাধা কুণ্ড শ্যামকুণ্ড, বন পরিক্রমা: ওম্না য়োৌবকপগী রারীনি। লংহিংগী থৃদৈমচা অমনা কিশি কিরগা মওকশমদা য়াম্লিবত্ন থাঙ্গৎতুনা উৎলগা হরাও হরাও তন্নকই—"নং ঐজ্ঞা পুরেম্না সেবা চৎলম্বা শলিগ্রামত্ন শ্রীঅঙ্গ মচেৎ খরা তারকএ। ইশানা শুংভাইত্রদনা ব্রজ বৃন্দাবন্দা লৈরোন চনশিল্লম্মে। মফমত্নগী গজ্ঞানা শাল চক্র অমা পীনবীরকই। ইবুংঙোসিদি ওন্থোক্লা গুন লৈখ্রে। নুগুন খাগেন ওল্লি।" মরাইবক কৎলগা অমুক হান্নগুম্না য়ানশিনখি।

নুমিদাংগী চাগদবা চানবগা মহৈ মহৈ ভুম্নবা থোৌরাং তৌনৈ। ইমা থোৌবানীশু ওসাই নম্বৌদ লৈরকপা কফোয়ত্ন "জোয মহা প্রসাদি" শোল্লগা ফনা য়াম্না কৎশিনখি। রাধা মাধপ শোল্লগা হবাও হরাও ভুমথক্কখিবা ইমা থোৌরানীদো য়াঙৌরকপদদি ইহৈ হৈনিংদনা উই। তোয়না হংভি—"নখোয়গী ষ্টেসন হায়ত্ন রোৌদো কয়াম রাংলিগে?"

য়ুমলোমদা নকশিল্লকঅবনিনা মহৈ মহৈ মচাগী মগুগী লৈরকপশিংত্ন হোৌদোক্নে। ইমা থোৌরানীদি মত্নদা পুক্লিং ইচং চাদবগুম তৌই। মানা পানজবা বৃন্দাবনগী রারীশু হৌদোকখিজ্রে। রেল গারিশু লৈজবী থাত্ননা য়াওনা চেল্লি।

য়াহৌরকপগী থবক চিন্নবা মরক্কুদা ইমা থোৱানীহু য়ারক্কুমান্নে। ফনা কন্না খাঙলন্বজাংনি। মনাহু ভাংশং ভাংনা ভূগংতুনা চঙথি মন্নুং অচৌবরোমদা। থোঙ ময়াদা ময়াম য়োম-শিল্লম্মি। ভাহাক ভাইবফাওবা হাংবা লৈবক্কুবদদি ইমা থৌবানীহু মুরুম মুরুম শোল্লগা ঙমাং অনগ্গী কাখে হনজিল্লকপহু উবদা লাকমিল্লবশিংহুনা তাকপীবকই—"মনিং থংবরোমদস্ব লৈবনি।" ফনা শাংঙি চৎকদবহু, মীরক থাইরগা কানজোং কানজোং স্বোর থিংগৎ-তুনা অমুক্তং চোংচিনখিবু। মীমাং ফমগদবা শন্নাদা লিংপনি। মফমহুদদি মী অমত্তা লৈবা উদে। ইমা থৌয়ানীগী অবা পোংলুমহু অহাংবহুদা মকা লান্না হোংনবম্মগনি থল্লুবদা ঐথোয ফাওবা হুকচাংসি তয়াং তয়াংবগুম তৌখি। মাগী মহৌশাগী অমাং অশেংগী থাহুদি খঙদ্রে। কন্না চেল্লিবা বেল গারিগী হায়বহুনা য়োংকী য়ুম্নী মচাহুদা খুৎপাই চেৎনা কোল্লিবহু থজিক্কা থাদোকপা য়াদে। ঈশিং কোনজিন্দুনা মবোল অমা কল্লিবা, খুং নাম্মনা হৈজবী থাহুনা নমশিন্দ্রিখৈ ঈশিং তারক্কে। কয়দ্বা খুৎনা তারকইবা ঈশিংহু য়াগদৌবা! মন্নুং অচোবা চংবদা ফি য়াওবা য়াওদবগী শাজেন্দুনা কয়ম তৌরমগদবা কনাস্ব খস্তনকদে।

ফনা কুইখ্রে। ইথোক থোক্লক্কুবহুদা চিংনরপ হংনরকপগী মতাংহুদা ঙমাংনা পুংলুপ লুপখৈ হাথু হাথু থোক্লকখগা ফিংনা লাওরকই—"চাওবীমা! ঈশিং য়াওবা লিক্লিহু অমুক্তা পীবকউ। অমুক্তা থুবকউ।" চাওবীমানা পীরকপা লিক্লিহু পাইরগা মন্নুং

অচৌবরোমদা অমুক হোংচিনখ্রে। মী ইহাং খাংলবগী মরমদু যৌজিক্কা খন্ডরকই।

মচুং অচৌবরোমদগী থোক্লকপগা ইমা থৌরানিদু মাগী পোং থম্লিবা অদোমদা হায়রগ য়েংশিল্লুরগা ইীক ইীক কলথোকখ্রে। লাক্কীররিবশিংতুনা পাকখা হংনৈ—

— "ইমা থৌরানি ছক্কচাং ঙমগ্রগা ?"

খুমদে। ফিজিনা মমায় থুমজিল্লগা চিংখৎ চিংখৎলুনা কপ্পি। ওন্থোকপা খোঙচৎনি। খোঙবু ওইমিন্নরুবশিংতুকাওবা পাপ পুগংব্রা কিনবকখি।

থুমদা থোক্লমদাইদা মহৈ মহৈ অহোং অচাও, কোল-লিক, ফি বোল লৈনৈ। মচাগী মগুগী, মকপ মপাং মরী মতাদা পীননবা। ইমা থৌরানীগীদি লৈদে। মানা থব্লাই তানা লৈজরকপা হায়ববু নুমিৎ থুদিংগী মমিৎতা মপি তানা সেবা চৎচরিবা দেবতাদুগী পূজাদা শিজিন্নবা কোরৌগী কুসি ভামি, যা-চন্দন, ইবুংঙোগী খোঙ্গুন য়েকপা শাপা, তুলসিগী উরিক অসিতনি। গঙ্গাজন লিক্লি অমগা লম্বীদা খৌবাংলগা থক্লবা অচম্বা ঈশিং লিক্লি অমগদি পুজরকই। ওসাই চাওবীমানা হাথু হাথু পীরকখিবদু গঙ্গাজন য়াওবা লিক্লিদুনি খন্ডলকপদগীনি মথম্মোয় শোক্লা কপখিবদো।

ইমা থৌরানী রাম্বু ঙাংখিদ্রে। চাও থকউ হায়বম্বু অমত্তা য়াখিদ্রে। থুম য়ৌক্লিকাওবা ময়াদা ঈশিং মরিক অমত্তা

